# "লাংঙন মপোক অমদা"

(কৌওইবী লাইরেম্বীগী মারা)




ইজবা:—

ওক্রম মংলেম মীতৈ

থেংমন, ওক্রম চিথেক।

ফোংজবা:—

১। প্রেমজিৎ সানোম—য়াইস্কুল (জণ্ম স্থান)

২। মঙ্গি সোগাইজম—মোইরাংখোম।

হক পুন্নমক অইবগীনি মমল লুপা ৩/

লাইরিক মথুম য়েকপা :—অইবা ওকেঃ এমঃ এমঃ

মওং মতৌ পুথোকচবা :— " "

উফম হুকপা :—কেঃ গৌরতোম্বী শর্ম্মা, শিংজমৈ।

লাইরিক নম্ফম :—শিব প্রিন্টিং ৱার্কস।

লাইরিক মশিং :—লিশিং অমা।

2C964

তেংবাংবিরকপশিং :—

১। ওক্রম বীজয়— ওক্রম চিথেক্।

২। নিংথৌম্বম অচৌ— " "

৩। থাংশাবম কুমার—থোংজু পার্ট টু।

শিব প্রিন্টিং ৱার্কসকী মেনেজর "ৱাইখোম গুনেশ্বর ইবাইনা" লাইরিক অসি নম্বা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা প্রেসকী অমদি ইমুং মনুংগী অচিনবা কয়া কাইথোকপীদুনা মাইপুননা ঐগীদমক্তা অৱাবা শরুক য়াবীখিবা, শেল-থুমগী ফিভম মেনখৎপীদুনা পন্থদনা লাইরিক অসি মশক থোক্লা ফোংজবা ঙমহনবীবগীদমক তৌবীমল থংবা উৎচরি।, "লোইননা প্রেসকী থৌনোম্বা কয়াবুম্ ঙমথৈ লৈত্তনা থাগৎচরি।"

তাং ৫। ৭। ৮১

# "অইবগী ব্রাখল্লোন খরদং"

—ঃ০ঃ—

পীশক পীক্লিভৈদগী "য়েকপা অমসু ইবনা" পুন্সিগী হৈনজরল্লবা শিনফম অমগুম্না মতম অয়াম্বদা লেনজরকই। অহুম ওইনমক থাই পুম্নমক্না শিংথানরবা "ব্বারেং-শৈরেং" অসেবা লৈথিদ্রবা লৈরিবা খরগুম্না ঐসু মশিং চনবা ওইজদবনা কনানসু সোনবীদে, খংবীদে। করিদগী,... .... ....? অথোই-অহেন তান্নবা কয়াগী চাংয়েং য়াওদবনা অমসুং মতিক চাদবননি হায়বসি ইশামক্না খংজে। ঐনা তোপ-তোপ্পা অইবা অমা ওইনা পুম্নমকপু নমহৎপা ঙম্নবদি করিগী থাইনা শিংথানরোই.... ...?

অহুম ওইনমক অফবা, অথোইবা, অহেনবা হায়বসি হৈতবা ঐথোম্ন কয়ানা ওইহনখিবনি। মরমসিদগী ঐগা-মীগা পুম্নমক্না তান্নদনা করম্না অহেনবসু থোরক্কনি। সংসারসি মীনম্বা ওইদবনা থল্লবা য়ুমফম অমনি খংনা-খংনা ঐসু শিনফম অসিদগী থক নান্থোক্কনা পোথারগে হায়বসি ঙমলক্তি। ইবসিনক্তি পুন্সিচুপ্পদা কোন্নরগদবা ফবা ঙম্নরোইদবা লাইনা অমগুম্না চেন্নরগদবনি। কয়া ইথরে, খরমসু ফোংজখরে তোইগুম্বসুং ঐগী অরোইবা খুংই, ব্বাখল্লোনগী অরোইবা পোন্থা অমত্তা য়াওখিদ্রিবগুম্না তোই। শুপ্নগী মালেমসিদগী পীক্লবা উকুল মরিক অমত খুনগৎপা হৌরপ-গুম্না পারী-পুরীগী খোঙ্গুল লিজবা, "লাইহৌরোল-মীহৌরোলগা

তিন্না-তোংনরিবৈগী লিরবা ৱারী, খ্বাইনম্মু থংন-তান্নরবা, তংপা কাংবা লৈত্রব ফোওহবী লাইরেম্বাগা মোইরাংগী অকোংজাম্বগা তাইবং পুংদা অপাম-ন্নুংশি লাংওন খুম্বোক্লা তাইবং ঐথোয়গী চিঞ্জাকনদি ৱাংলকম্লবদা ফোকৌরোল, লোইমোম ফোরম চাম্মগী নিপাল পুখোক্লনবা লাইনিংথৌ সোরারেন্না চীংঙু সিদবগী ময়া-থংদগী মমোমবু শিন্থারকপগী মরিক চুন্নবা ৱারীবু করিম্মু থংজ-হৈজন্দ্রবা অইবনা অমুক নৌহৌননা নিংশিংবীনবা হায়দুনা লিলাগী (দ্রামা) মওংদা ইজবনি। মীতৈগী ৱারী, লাইরিক কয়া পাজরুবা তাজরুবদগী "লাংওন মপোক অমদা" অম্মুন্না কোলোইনজদুনা পুথোকচবনি।

মতম্না খুৎয়োনখিবনা মীতৈ লৈবাক্কী অথং-অহৈ কয়াগা মতমদুগী চৎনবী, ৱাহৈ-ৱাতা, ময়েক্কী ঈরাই-ঈনিন ( খোম্থোক ) অমত্তা থন্না নৈনজবা ঙমজহৌদবনা অরান-অহুই কয়া য়াওরম্লবস্মু খ্বাইনা নোক্লবীবগা লোইননা ইশামক্তা তাকপীরকউ। অফবা, অচুম্বা মওংদা তাকপীরকপা খুদিংমকপু তৌবিমল উৎচবগা লোইনা লৌজগনি হরাও-হরাওনা মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি।

লাইরিক অসি মীতৈ ময়েক্লা ফো দোকচবা য়াবনি। অদুবু পাবীরীবা খ্বাই তরানদি বঙ্গলা ময়েক্তা হৈনবা ওইবনা পথাং পুথাংকোক্কী ময়েক্তা ফোংদোকচদ্রবনি। মসিগীদমক মীতৈ ময়েক্লা ফোংদোকপীবা পাম্নরবা কয়াগী নিংঙনদবা পুম্বা অইবনা খ্বাইগী থম্মন তৌনশিনজরবনি।

অইবা

১৯৮১ ইঙেনগী ২ নি পানবা ইরাই ও, কে, এম, এম,

# "লাইরিকসিগী মনুংগী ঈচেল"

—ঃ০ঃ—

মংলেম মীতৈগী "লাংওন মপোক অমদা" পারে। ফোওইবী লাইরেম্বীগী বারী অমনি। লীলা ওইনা ইবনি। লীলাসি পানথত্তুনা শান্নবদা লায়রোলগী হুংঙাইবা কুম্মৈ অমা উবদা নত্তনা য়ুম্বাল হৈতবা হুপীনা পুবা ইমুং হুংঙাই য়াইফনা পানবা ঙমদে পান্দে হায়বা ময়েক শেংনা তাকপনা থ্বায় অয়াম্বগী মিৎ নাকোং অতুম ওইনভম থোকই। জাতিগী ফজবা মনাংকী নিংথিবা মঙানম্ব অতুম উননিংঙাইনি।

মংলেম নৌনা ইবা ভমখৎলকপনি। মশানা অতুক মপামজক্কবনি হায়বা ঙাক নত্তে। চেল্লি মশাদা ইয়ু হায়বমা। অসিগুম ফজবা লায়রোলগী বারীশিং মথং মথং ইথোক্কুনা থ্বায় মীয়ামগী সেবা লংপা লৈতনা তৌরগনি হায়না আশা তৌই। ইতি

শ্রী এ, মীনকেতন সিংহ

উরিপোক পঞ্চায়মনীং

ইম্ফাল (মনিপুর)

ডাঃ ইম্ফাল

৮ জুলাই ১৯৮১

# "নাটক অসি পাজরুবদগী"

—:•:—

ঙক্রম মংলেম মীতৈগী ড্রামা "লাংওন মপোক অমদ।" পাজরে। নাটক অসি ফোওইবীগী বারীদা য়ুম্ফম ওইবা নাটক্নি। নাটক অসি অরিবা মতমগী ওইরবসু থর লাইরপ তৌবা লোন্দা ইত্থুনা অপাবশিংবু লায়না খঙহল্লি। নহা ওইরিবা অইবা অসিগী খুৎই অসি তশেংনমক মনিপুরী সাহিত্যাদা অচৌবা খুদোল অমা ওইগনি খল্লি।

শগোলশেম ইন্দ্রকুমার সিংহ

জুলাই ১৯৮১ তাং ৭ থাংমৈবন্দ খুয়াথোং।

"লাইরিক অসি অইবা ইশামক্না (AIR)" ওল ইন্দিয়া রেডিও" ওফিসতা নাটক ওইনা ১৯৮১ এপ্রিলগী তাং ২৭ তা থাগৎচখিবনি।"

# হুঁ সিদবা

## ( অপোকপা )

হুঁ, চীংঙু শিদবা মপু ঈবুংঙো অপোকপা
পোক্লরেল পোকপা শাংলেন শাংপা
মৈ, ঈশিং, নু শিং, লৈপাক, অতিয়া মঙা
নওং নতোনা তেংবানবা পুন্নমকপু ওইরিবা ;
মীচং-মীথায় নাইদবা চেলো শকফোংদবা
লাইনিংথৌ সোরারেন, লৈমরেনবুস্লু পোকপীবা
সনা মহিরেল কোলোইনা শাফোংবীরকপা
চীংঙু শিদববু ভগুন লাক্না মীতম্বা
তাইবং লমজাও পুং ময়োনদা
খুমন, লুবাং, মঙাং—য়েক সলাই লিংবীরম্বা ;
জীব-জগৎ পুন্নমক্কী হোরকফম-তুংনফম ওইরিবা
পাম্বী, তুরেলগী লেমফু মরুগুম্না হিংলিবা ;
মথক্তা লৈখিদ্রবা পাথা-পুথাংকোকপুস্লু শেম্বীবা
কোলোই মীংলেন য়াম্বা, ঈপুরোই অপোকপা
ঙরাংদগী নবা করিস্লু খ'জ-হৈজদবনা
লাইজ ঈরু, হৈ-লৈ, তাইরেল পুংফাইনা শেংদোকচহ্নুনা
খুদোল তমজরি নখুৎশেমগী "ফোওইবী অকোংজাম্বগী" বারিসে
লৌশিনবীয়ুকো পুক্কে লনগৈ চোন্নবা
অহঁবগী "লাংওন মপোক অমদা"।

খুদোল তমজবা
অইবা

তাং ৩।৭।৮১ ইং

"লাইরিক অসি অচুম্বা পাম্বা, পাথাং-পুথাংকোক্পী লিচৎ কন্নবা হোৎনবদা, নিংতম্নবগীদমক্তা য়াইবী থৱাই থাগ্রবা মালেমসিদা হিংলম্বা মীওইবশিংগী মফমদা অইবনা থম্মোয়শেংনা খুদোল তমজরি।

লিলাগী (ড্রামা) মওংসি শান্নবিবা তারবদি অইবগা মাংজোননা উনবিয়ু।

---

# "লাংঙন মপোক অমদা"

## অহানবা তাংকক

১

—ঃ০ঃ—

মফম :—'অরাং কৌব্রু অম্মুপ্পা লাইনিংথৌ সোরারেন্না থুনাবা লমদম ।

মঙম :—য়োইমরাইঃ লাইরেন তাউদনবা কোন্নোহনবাঃ সুমিৎ সনা খোমমদোন অভোনবনা তাইবং লমজাও পু'বা খোংদোইরকপা সেনলোই লংমাইচীংদু (নোংমাইজিং) লোমখরে ।

কৌওইবী :—'ঙলোইবী চীংগী লোক মংগী ঈথিল-ঈরৈ কনমন-খদগী ঈরৈমা, ভারৈমা, 'য়ুমলৈমা ইনাও অহুমম থাই-নহোরে। ঐদি মপুগী য়াথং হিক্তোকপা' য়াদবগিনা লানবা য়াদে; শহোনা নবোমবু থৌজালথীয়ুকো।

"লোক নংদি করিস্থ তেদে ; চুম্নদগী নবা-নখোল খোক্ত-চবক্তনি। অক্তুনা নংগী নমিংদি ঈরৈ-ঈখিনৈ কনবমা "ঈরৈ লোক" কৌরম্নগেকো । লাইনিংথৌ সোরারেন পম্বোনা কুবীরবনিনা ঐহাক ভম্প্যাক ভম্না খোংশানলগে।"

"শাংলবা চীংশাংসি লান্দুনা লাকপনা লোইবী চীংখমথরে ; ভমস্থ য়োরক্লে । হি ! ঐ ঙসিদি কদায়দা চংহুনা ফাইসিগে । চীংখোংসিদা খুল অমদি লৈবা উই। মসিদা ফাইরগে।"

ভোগ্রাও হনুবা—কৌরৌস্থ নোংচুপ চীংদোলগী মরুমদা লুপখি-গদোরে। ঐস্থ খুন্তা ইচাশিং অসিংগা রারী শাহুনা মোংবা ইম্নানয়াই য়োবা হায়বহুনি। তুংলোমদা লাকলিবসিনা মীরা লাহরা হনু মালৈ কারবা মশেন-মরাং উরবা রাথনগী মনি শাম্রকলবা ঐখোয়দি হিংদবনা য়াইফরবনিকো।

কৌওইবী—পম্বৌ শক্লবা ঈপাও। ঙসি কৌরো নোংগী ভাংলৌ ভহিং সিমতদি খুলসিদা কাইজথিগে হায়ববু য়াবীগত্রা য়াবীরোইত্রা ? নমোম্না খোংহো থিনখিবনা লমদনখিবা ভারবনি।

ভোগ্রাও হনুবা—করিগী য়াদনি, ইমোম শক্লবী কমলাক কুরু কারবা, হনু মালৈ চল্লবা পম্বৌগী সঙ্গায়দা নোংলেনলুরসি ইবেম্মা—। ইমোমবু অম্বুক কুইরবসি চেংলৌ শক্তম লাক্লা রাম্নবা কনা উখিত্রি করি লমদগী খোংদোইরকপনো ?

কৌওইবী—পম্বৌ, নমোমদি লোইবী চীং অভাঘদগী খোংহায়-রকপনি। মনুংমপাল নাইদনা পম্বৌগী উনবীনুংদা নমোমবু

কুবীবা য়াইক মতাংনি। বাজরবীবদি নমোম শরুবী ঐদি তাইবং মীগী সঙ্গাযদা-ফাইবা য়াদেদো।

তোঞ্জাও:—করিগীনো ইচানুপী, নংগুম্বী নুপীনা তাইবং য়ুম্নদা চংবা য়াদে হায়রিবাসবু খোঙয়ুম্না ?

ফৌওইবী—পম্বৌ নমোনদি খোইয়ুম নৎচদে। মপুগী থৌশিল অমা ঐনা পুজরিএ; থৌশিলসিনা কন্মনখিবনা তাইবং সঙ্গায়দা চংবা য়াত্রিবনি।

তোঞ্জাও—অদুদি কোরৌসু শামখরে, অঙানবা শরুক লোইখিদুনা অনম লোক। তংথরবা লাংনা ফুপলক্তিদৈদা হমোমগী লোংলেন্নদন হায়রকলোদনা। কদায়দা ফাইরগা য়াগদবনো ইদো।

ফৌওইবী—"পম্বৌ মফমসিদা "উমং লৈহৌ" লৈরিবদি মহুদা তাংলৌ অহিংসিমাদ··· ···· ···· ··· ···।"

তোঞ্জাও—তাইবং মপুনা হপা-ইচাগী অরবা উবীরেদো। "ইপুথৌ লোংনাই অস্মুগ্গী খুভম অমা ইপাগী মমাংথংবদা লৈ। মহুদনা ইচাগী উনবা পুক্নিংনা খোইদারগনি। ইপানা চানা থরনবা পুন্নমক পীগনিকো।

ফৌওইবী—পম্বৌ, নমোমগী করিস্ম বাৎচদে। মফম অদু ফাওবদং থিনক্কারমউ তুংইঞ্জগে।

তোঞ্জাও—লাইকোন অদু অসিনে, নং পোথাহৌরোকো। পম্বৌ নপাগী মোংবা ইরানয়াইদা য়ারেকমিন্নবা য়ারম্নবদি হমোম কয়াদা লুংঙাইজগবা—!!! ইপা চৎলেকো ··· ···· ····।

( নোংঙাল্লমদাইগী উচেক·বায়া য়েন খোংবগী অমদি নোং-ঙাল্লমদাইগী ঈরাই·ইখিল তারী )

ফৌওইবী—ইমুং সোরা ঙানলক্তি তৈদা "চকপা" ঈপাগী সঙ্গায়দা চংদুনা চিনগোয় পাওমেন্নরমখিগে। করিগুম্বা ঐনা তুমিন খোংহায়খ্রবদি য়াম্না লাংতক্রনা নিংঙমহৌররোই।

"পন্থৌ, পন্থৌ খোমলেন মিকপ খোকপীদ্রিবরা ? য়া কায়রসি, নমোমস্থ খো দোই হুঞ্জখরগে। মপুগী পাও অমতং শিন-জরমগে হায়দুনা চংজরকপনি।"

তোনজাও—করি হায়নিংবগে ইচানুপী ? ইমুং ঙানদ্রিদ্রো, নংদি নুপী মচানি শাথেংনগনি, তীমমু-লাইমু থেংনগনি ঙাইহাক পাম্বরগা চৎলুদনা ইবেম্মা।

ফৌওইবী—পন্থৌ ঐদি পোইরৈ তাম্মী ; থাংহিং ঙাঙোই কেগে মোইরাং য়োগদবনে কিবা য়াদেদো মপুনা কুবীগনিদো। নমোমনা ঙসি ফাইরিবা থুলসিবু চকপা কৌবরনে ?

তোনজাও—চুম্মী চকপা কৌই ।

ফৌওইবী—অদুদি হয়েং হুংগী তাইবং চানোন ঙরোম্বা নম্মোম্না তাংলো অহিং অমা ফাইরম্মী হায়বা থংনবা "চকপা ফয়েং" কোলোয়রসি।

"নমোম্না অপোকপা লাইনিংথৌগী খৌশিন অমা পুই হায়বদু লোইমোম ফোগী থৌরমনি। ফৌ মরু ৪দং শিনজরমগে।" মসিনা থুল অসি অমাংঅতা লৈতবা ঙইহৌরসনু ঐমু চৎচরগে।

তোনজাও—ইচানুপী খোংদোইরসি .... ... ... । কেগে মোইরাং মোৗনুনা তাইবং মপুগী শিস্থা মপুং ফানা পাংথোকচরুরো।

"হি! ঙসিগা-ঙরাংগসিবু মঙলা তাইবংলা কন্নিনো? নুপীমচানু মানবগুম্না তৌই; মহাক্না খোংশানখিবা মাইকৈংসিনা কোরৌনা ঙানবগুম্না উরি। বাহৈং-বাতা, চেংলৌ শক্তনদা য়ে শুবা তারুবা খুদিংদা উনবীনুংশি লাংবনগী খোহিনা তাবগুমই। নুপীমচাশি তাইবংলকী মীওই নত্তে।

নুংশিং শিংজবা মতমগী উপাল-রাপালগুম, খোইমু তোংদবা লৈরাংগুম মোং হাদনা মিংস্না লকানুংদা ভরংগী লাইজ ঈহোনা মিংলু-নাপোম অনিদা ফুইনা হৌবা ইঙাগী লুরবা লোংলিককুয পীরাংম্নু শিন্নুরক্লে হৈবী অথুইবগুম্না হনু কারবা মাশে মাইথোংদা। (কপ্পনুনা)

"ইবেম্মা নংদি খোইযুম লাইনিদনা অশেংবা তাকপীরমদবনা নচা ননাইনা থৌনিজহৌদেদো। লোইমোম মরু মরিসিনা তাকপদি কৌওইবী ইমাগী খুদম্নি। ইহুং সোরা ঙানবগা "চকপা, ফয়েং" ইথুল থুংনা চৎনুনা য়াইক মরাং কায়না পান্নবগীদমক্তা পাওদম্নগে।"

(চকপা ফয়েংগী তোনজাও হনুবা উনবীনুংদা লাংজন্না, নিংঙমদা বাশ্নৈনা চাকপগুম কৌওইবী লাইরেম্বীনা খোংশানখিবা মাইকৈদা মিংয়েং তান্নুনা থাংহোই।)

---

# "অনিশুবা তাংকক"

## ২

—ঃ০ঃ—

মফম—থাংহি ঙাঙোই কেগে মোইরাংগী তোর্ববুং লমজাওদনি।

মতম—য়োইময়াই, লাইরেল তাউদনবা, কোরৌহনবা স্থমিং স্না খোম্মদোন অতোনবনা তরং পুংয়াইদা ঙাল্লি।

তোর্ববুং লমজাওগী কল্লবা, মলিয়ানা অমুক অমুক হুমলকপদা শিঙৎ শিংনাং পুম্বা হাইনা হুম্না জগোয় শাহুনা থাংই। উনা-ব্বানাগী খোনজেল, শিঙৎ-শিংনাং তুমবৌনচিংবা হায়-দোক্তুনা ফৌওইবীনা চৎপগী ঈবায়-ইথিল খোক্লি। লমলক্লা লৈবা শজি-শঙাই, উচেক-ব্বায়া কয়াগী তত্তনা খোংবগী খোঞ্জেলস্থ তারি।

ফৌওইবী—ইপা ইবুংঙো লাইনিংথৌ সোরারেন্না তাকপীরকপা তোর্ববুং লমজাও হায়বদো অসি ওইবা তারে। শিদ মপাও অচুম্বা ইথংলেন "থৈয়োম" থাংহি ঙাঙোই কেগে মোইরাংগী অকোংজাম্বদো মফমসিদা থেংননি তাকপীরকপনি; মহাক্তি কদায় !!! ব্বাংলৈন মিৎকুপ কয়া কৌনা সুংশাংলক্লবা ফাওবদা মহাক্তি খোংদোইরক্তি। লোইবী-চীংশাং ইন্না লাকপনিনা অব্বা হুইশোক লাংলে,—লাইজ ঈপাল লাংথিগে, ঙাইবগী ঙাইবা ঙসি কোরৌ নোংজাসিমদি····।

(ঈশিং খুজোক খুজোক শোকলহুনা লাইজ ঈপাল লাং-
চনা মশাবা ঙাওজরম্মী। ঈরুজবগী ঈৱাই ইনিলস্থু তারি।)

অকোংজাম্বা—পলেম হমা, ঙসি কোরৌ নোংজাসিমদি কেগে মোইরাং তোর্ববুং লমজাওদা শা তাল্লুখিগে। নপারিনা য়ারৌ শাদানবদা ফারকপা শাহুনা অগোকপা লাইদা কৎতুনা পুন্সি হুংশাংনবা, হুংঙায় য়াইফথোইনা পালনবা থৌনিজসি। নচা পুন্সি শিন্থা পাংথোকচরুখিগে অপোকপী।

থোইদিংজাম্বী—পারী ইবুংঙো শামা পাঙ্গলবা য়ারৌ শাদানবদা থৌরৈ পাংজহুনা পুন্সি শিন্থা পন্দবা চীঙু থাংজিংনা কুবিসহু।

কোওইবী—তয়ুম তাইবং কনানস্থু উররোইদবা অচিকপা মফমসিদা নহা ওইবা নেংলৌ শকফম পুথোক্তুনা শন্নাং মপোপ চুমহনখিগে।

অকোংজাম্বা- ববিনো ঙসি অকোংজাম্বা ঐনা যারৌ শাদানবদা য়াবৌদি থোংনরত্তহুনা তোর্বুংগী শাবল অসিদা চঙ্গ নিখোল অমা মদোম কেনা নৌনা লৈশাৎ তমলিবসিনু চীঙ, থাংজিংনা ঐবু লক্সিবরা? তাইবং লৈরাং অমনদি অস্থুম্না লমথোকপা হৌনশা নত্তে। খোইয়ুম লৈরাং ওইরিগদ্রা? ঐবু হল্লাসরা, হুম! অশেংবা অমতং থংলগা য়ারৌ শাফা বাংমদবস্থু উনবাগ্নংদা তিল্লাংননা চিংনবগী ঈচেলন লুংশ মমি তারিবসে কোকন্নবা চংশিন্দুনা খাংখিবনা তম্বা ওইবা হৌনশানি,। ... ... ... .... ঐবু মংলা তাইব লনে?

কোওইবী—লাঈনিংথৌগী য়াথং, তাইবংগী শিন্থা শোইবা

তারবরা ? ঐগী থবাইগী ইবুংঙো অকোংজাম্বা হায়বদো লাকশরোই। পম্থোগী শিম্বা, মালেম তাইবংগী থৌশিন চৎপনা চুম্নগনি।

"—হি! পম্থোনা মমোম ঐগী থৈয়োম, শেমখ্রবা লিপুল তাইবং মপোক্তা লাংওনবা অকোংজাম্বা হায়বতু ওইরিগদ্রা ? মহাক্না মরু লুক্লিবৈদা ঐগী ইৎং ইতোসে হোংহোরগে।"

অকোংজাম্বা—থাবুং থানিশগুম্না ফজথোইনা নৌদা নৌরিবী লৈরাংগুম্না চেংলৌ হেন্না উথিবতু মিকুপ-নাহুম খরদা হনু মাল্লৈ কারম্নবা—!!!—মসিদি খোইয়ুম লাই ওইবা তাই। নোংমদা পোকপা মচানা নিনিশুবা হৌনদে; চীঙ্গোয় মপাও হংলগা অরেপ্পা ওইরগনি।

(তম্না চংশিন্দুনা শগোলদগী কুমথরজুনা হংজখি)

"হা পলেম ইমা মানবী থাংজিং লাইনা শাইওনবিবা খোই-য়ুম লাইরা ? নত্রগা তামু ওইবিরব্রা ?

ফৌওইবী—পাবী মানবা, তাইবং মীনু খোইয়ুমলা হায়না পাওং চংলবা, ইমাদি তাইবংনি। লাইনবু তাইবং মীরমলেম্দা তিনবা হৌনদে।

অকোংজাম্বা—পলেমনদি অচুম্বত্তা মতাকপীদো। নচানা অহানবা উজবদা নৌদা নৌরিবা ইশুং লেংমান্নবী অমা ওইনা উজরুই। ওংনবা মিংকুপ খরদদি ওইরমলিবা অসিনিনে। তোর্বুং-সিদদি করিগীদমক লৈবিরমলিবনো ?

ফৌওইবী—পারী ইবুংঙো মুংশিবা শারবা ,কোরৌগী মঙাল থাংঙমলক্তুহুনা লাইজ ঈপল লাংলম্মীবর্নি" ইশাদি থারী লবুক্তা লোয়ানগে লাকপনি।

অকোংজাম্বা—পলেম অপোকপী নপারীবু কুবীযুনে ... ... ... লুপ্রা তাওজিং নাইতোম পাঙবা ঐহাক্নী। পলেম নহাক্না ঐঙোন্দা উৎ চাইবিরগনু, অক্ষ-ক্ষত্ত তাকপীযুগবা থোইযুম লাইরেম্বী ও!

ফৌওইবী—নত্তে, নত্তে পারী ঈবুংঙো পাঙলবা, নহাকপু মকমসিদা করিগীদমক থোংদোইরকইবনো?

অকোংজাম্বা—পলেম অপোকপী ওসি কোংরৌ নো জাসিদা য়ারৌ শাদান্দুনা অঙম্বা শাফারগা অপোকপা লাইদা কৎচহুনা পুন্সি হুংশাংনবা থৌনিজগে থোংদোয়জরকপনি। অহুবু পুম্নমক কায়থ্রবনি ঈমাবু উরুবদগী থাথনম্ন তাইওন্নথরেদো .... .... ... ... |

ফৌওইবী—অহুদি ঈবুংঙো নংবু কদায়দগী লাকপনো, কোলোই মি'লেম্না করি কৌবগে?

অকোংজাম্বা—তয়ুম ঐদি তোর্ববুং লমজাওবু কোল্লিবা থাংহি ঙাঙোই কেগে মোইরাংসিদগীনি অপোকপী। "—চু শাং লোংলেন হনবগী মপারি থোইদিংজাম্বীনা নাউপুবা অকোং-জাম্বা হায়বহুনি।"

ফৌওইবী—অহু ওইরবদি ঈবুংঙো নহাক্না ঐঙোন্দা ঈমা হায়না কোলোইবীরগহু। ঐহাক বা পুম্বা তয়গে, চিংনা পরে

থাদোকপীবনা নাপ্পা চিন্না শাবীরসি। অহানবা মিকুপ-শাইরক্তদা ঐখু খোইয়ুম লাইমন্নি খনবিখিবহু চুম্মী। অহুবু ঐনা উনবী—থম্মোয়হুংদা লাংতক্লজরিবদি মিকুপসিদা, .... ...., ......"মোইরাংসিদা অকোংজাম্বা কয়া লৈবিবগে ?"

অকোংজাম্বা—ঈবেম্মা,—থারহি কেগে মোইরাং ইরমদমসিদা অকোংজাম্বা ইতোমন্তনি।

ফৌওইবী—অহুদি ঈবুংঙো অপোকপা "লাইমিংথৌ সোরারেন্না" ঐনা মোইরাংগী অকোংজামবা নহাক্কা কোরৌ নোংমত্তা ওইরবস্তু চেক্লাগুম চিনদিন্না, পোমবীগুম চিলোক্কা লৈমিন্নৌ তাকপীরকই। ইকাপ্লিগী নুংশি-মুংওন থারীনা ফৌকৌরোল ওইয়ু—"হুরানবিনা, চিন্থীবনা, চিদেনবীনা, চিশাংবীনা, বাহীনা মুহুনা চিক্তনা মাংপ্রবদা ঐখোয় অনিগী মিংথৈ শোঙ্গরগা তাইবং মীওইবগী অমাং-অতাকপা খুদিংমক হঞ্জিল্লকপা ওইগনি হায়বিরকইদো। থৌরমসিগী মতিক-ময়াই পাংথোক্লবগীদমক্তা ইশাবী ইঙায় নংবু ঙাইজরল্লিবনি মুংশিবা। মিকুপসিদগী চিংনা পৈরৈ তুংওইনবিগনিদো।

অকোংজাম্বা—কংলবা পাখংগী উনবী ঈকোনহু'দা ঈপাল থাগী লাইজনা চোল্লরে; ওস্তোক্লস্তু উনবী-থম্মোইলকাহুংসে মকা লামইদা ইবেম্মা। মপুগী থৌজান্না তাইবং মীরক্তা পোক-চরবস্তু নোংদমবা কৌবা অপোকপনা মীথোই-মীহেঞ্জৌ শিন্থা পীখিরকপা লুরেম্মথক্তা হাপচরে; কুখিগনিদো ঈবেম্মা।

ফৌওইবী—বারৌ পুরৌবীগমুকো··· ...ঙাইখিরমদ্রবদা চিংনবগী

ঈহুন্না কনশিনলক্ক, মপু য়ান্না শোইগদ্রা নিং, ন্নুজ্জা গুইবীনা মীপায়জব্বা ছয়ুম নুহাক্কপু গুাইবজদা চেংলৌ কয়ানা শক-লোংচবা ক্লোংদোক্কচন্নবুনি ইশাবী নকান্না।

অকোংজামবা—তাইবং ওইবা ঐহাক্কা মপু মাগী লোংদয়খোলদি খংজদা, পাইমা পুক্লিংন্না লামশিনবুদস্সু য়োঙমন্না গুাইহাক পুংস্লোয় চিল্দা পাণ্ডানথিবা ঈরেম্মগী ঙ্গনবী থম্মোইহুংদা খোইশাওনবা কিশি থমবীগনুকো।

ক্লৌগুইবী—মপু মাগী খোশিন্নি, চীঙ্গু লোদমক্কা মাগী খুৎশেন্নি। ঐ নংন্না তমবা ঙমবা ন্মেদো ঈবুংঙো।

অকোংজামবা—পলেম ঈমাগী থম্মোই অক্নিন্না মকোইপুংদা নাইতোম খোকপা কোন্নোঙ্গম গুাঙ্গরিবা মপান্নী ঐবু হন্নক্তরে ন্নায়না চিংনা কোজায় কয়ানা গুাইয়ন্নগনি লাংতক্লনা।

অশেংবমক মপুগী শিন্থা লৈপুলনা য়োমবীরন্নবা খৈয়োমস্সু ওইন্নবনিন্না য়াঙ্গোয়দনা নাথৈবা য়াদেদো অকোংজামবা"ঐগী মোংবা ঈন্নানয়াইদা অয়াং-লমহৌন্নসি চাকুবীযু—লনকুবীযু অসুক মানা লেনবিবা হৌনদে ঈবেম্মা।

ক্লৌগুইবী—উনবী-পুক্লিং মন্না ভাবীহুনা তপথবীখো ঈবুংঙো, হেক য়াঙ্গোয়বা য়াদেদো। ঐদি খোইয়ুম লাইনিদো তয়ুম-মীগী চাকচা, শাজৎ খগুদনদি য়েকনা-মুকনা লৈ-ন্নন্নবদি মীগীদা আর্থ-ন্নাখল কান্নবা ওইগবন্না? ইশাবী নহাকপু সুংশিবা ঙয়ুম কনাগা লৈবিবগে?

অকো জামবা—ঈবেম্মা চিংনা পরৈ হনবীহুনা থাখল পরীং চুমবীবো ইয়ুম মোইরাং লমদমগী তয়ুমশিংনা পাখং ওইজরীবগী সাখিনি। ঐগীদমক্তি ইশরুক নোংদমক্রি, থাউত্রু য়ুমলেপ তমজক্রি পলেম ঈমাগা লৈজরি।

ফৌওইবী—অত্নুমনদি ভাকপীরে অচুমবা কয়া। ঈবুংঙো ঙসি কোরৌ নোংজাসিমদি নশাবী ঐহাক্তি চৎপঃ য়াররোই। খোংশানবীখরো ইশাবীসু ; হয়েং ইহুং ভালকপদগী কোরৌনা য়ুমচংখিবা ফাওবদা পলেম ঈমানা চৎপা মরমচৎ থাভাং খোমলেন য়াহৌরকপদা করিনা মথৌ ওইবগে হায়বহু হংচিৎ পাওদমবীয়ু। মত্তদা ঐ নোংলেনবা য়াগনি-য়ারোই খংনরসিকো।

অকোংজামবা—শোংলবা শিঙ্গল নারেং মরক্তা ঈবেম্মনা নদোম কোরৌশিংবুম কয়ানি পলহৌবসে ঐ থাজরক্তে। ঐনা হংচিৎ লাকচবদা ঈবেম্মদি লৈরম্লোই। শোইদনা লৈরমগনি হায়ত্নুনা সরি-ঈখৈ থাশকপীয়ু ঈবেম্মা।

ফৌওইবী—হুংশিদা, শাবী ঈবুংঙো তয়ুম ও। তাইবং মপোক্তা পোক্লবনিনা অচুম্বা থাজবা খংলমখিরোইদো। ঐনা চিংন-জরিবদি নহাক্তবুনি, নংগা ঐগা অমুকহন্না উনক্রিবমখৈ খোইয়ুমলক্তসু হল্লরোই, মীরমলেন্দসু খোংদাজররোই ঈখৈ থাশকচরিবসিনি।

অকোংজাম্বা—তনিক-তনিকলম্বা পাইমা পুক্লিংসু লমখৈকনদরে ঈবেম্মা। হৌজিক্তী অরেপ্পা সরি নামুংনরিবনিনা মোংবা

ইরানযাইদা খ্োংদোই হুনখ্রগে। হংচিংদ কৌবা কোরৌ যেন্দা অঙনবদা পলেম ঈমাগী লমচৎ পুম্বা হুংশি নকাদা ভমজরগে। লেংদ্রবা উপালগুম, চী'জাওগুম তোর্ব্বুং লমজাওসিদা ঙান্থোইবীরমউকো ঈবেম্মা।

ফৌওইবী—পোয়্রৈ তাম্না খোংহায়রক্তুনা পুন্সি শিন্থা পাংলকপা, লংলা লংজিন চিংখোক্লা চেংলৌ শকথঙনজবা য়াইফক্লোইরবা কোরৌসিদা শাবী-ইঙায় নকাদা লৈশাৎ ভম্বা ঙমখিদবা চীংঙু মোংদম্বা মপু মাগী খৌইনশিন্নিদো। ভম্বা ওইবা হৌনশা খোংদোইবীগী হুংশিবা।

ফৌওইবী লাইরেম্বীনা তোর্ব্বুং লমজাওদা অকোংজাম্বনা খোংশানখিবা মাইকৈরোমদা য়েংহনা লৈহৌই। য়াঙ্গোয় শগোল তোংহনা শিঙ্গলনারেং মরক্তা মদোম হরাওমখোই ক্কানা মখুল ভম্না লমযানখিবমই। যোইমযাই তাউদনবা কোবৌমু অপোকপগী শিন্থা লোইরহনা নোংচুপ চী গী মরুমদা অনৌ চেংলৌ শাক্লোংখরে।

---

# "অহুমশুবা তাঙ্কক"

## ৩

-ঃ ঃ-

মকম :— মোইরাংগী থুল্লক ; অকোংজামবগী য়ুম।

মতম :— য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবা, হুমিং সনা খোম্মদোন অতোনবসু মপুগী শিম্বা কায়দনা তাইবং লমজাও পুং-ময়োন্দা হিংয়াইগা লোইনরহুনা ফুগায়না শাৎপা লৈরাংগুমনা ঙাম্মোইরক্লে।

খোইদিংজামবী—খিদবা মপু ঈবুংঙো নচা ননাইদা য়াইফবদা পীনবীয়ুকো………….। মঙনা মঙ হুংঙায়রমদ্রিবা………….। হন্দক মরকসি লৈখিদ্রবা, শিখি-নাখিবমক্তা উরিবসিবু চবাল থাদোক্লগা ফগদ্রা? হাকথি, হাকথি, হাকথি…………… ইমাইপেম্মা করিবু খোক্লগবা। কোরোসু উতোন-বাতোন লোমখিগদোরে ফমহুম ফমখিগে।

মোইরাংলৈ—ও! খোইদিংজামবী নংবু তারিব্রা-ও—? ঐগা কৌবা তারবসু থুমলক্লোইদবনি। ঐখোয়না থুমহৌদ্রবা অমুকতোইবা উরাও-থরাওদনা পোমবী কাকুম্না ইশমগা ফোইরদবনি।

ও! খোইদিংজামবী,—লাকপগী মমা নংবু ঐগী লাইতং-থুম্মোক্তা কোইরক লানলকপ্রা? য়ুমথংনবা মচেম ঐনা কৌবদবু তানা তানা থুমদবকা ঙম্মীনে।

থোইদি জামবী—ঙসাইনা ভারে ঈচে। —লৈরমগনি, লৈরমগনি লৌররাও—লৈএ লৈএ; নোংঙানফাগ্রিবৈনা হান্না হেক্তা উরাউ-থরাউরদনা

মোইরাংলৈ—ওশ্বোকপগী হুপী হায়বহুনি—মসি হুপীসিনা কোয়্নৌনা ভাইবং লমজাও পুংদা শককোংগ্রিবৈদা রাই শিংপসিবু হৈনত্রমালে। ঐবু হল্লসিরনে.............।

থোইদি জামবী—(য়াংগেল শুমচিংতু ফমেন্দা থাদরগা ফমথৈ)— ঈচেগা য়ুমথংনগদবসি ওই ওইনরেদকো, থুম্মোক মচা অমগীম্সু খুন্থক-খুনথা ভাননবা উরাও-থরাওরবা, ইয়ুম রাই শিংচবগীম্সু খৎনবা হৌরবা, নোংমাংখামুক খারেদকো। ঐসে লাকপগী মমানি মমা।

মোইরাংলৈ—অহুননি থোইদিংজাম্বী নংবু কেগে মোইরাং লৈবাক-সিনা রারীনরিবসে। নচা ঈবুংঙো অকোংজাম্বম্সু ইনিংথৌ উরা• লাইজীং ভেলহৈবগী "লাইফম লাকপা" ফমথোল কারিবনি। অহুগা নংনা হুমিৎচুপ্পগী অম্মুম্না রাই শিংলিবসিবু ফবরনে? কোরৌগা মাইয়োক্লহনা ঙসি নোংমগী অহানবা য়াইফ মতাংদা নংনা অম্মুম্না মতমচুপ্পদা ভোবসি ফত্তে হায়বনি।

থোইদিংজাম্বী—অহুবু ঈচে ঈবেম্মা ঐনা ঈচেখোয়দা ফরি লানগ্রবগে? ঙসিদি হকচাংসি ঙমন্দবদগী ভোবনি, মসিদা লৈকায়সিনা থ'বীত্রদনা য়েংশিনবীবগী শরুক্তা মওইবা। ঈচেগা থুম্থকী ঈনাও মেরাভোনগনা মহেল্লে ঐঙোন্দা হুংশিনা য়েংশিনবিবসে।

মোইরাংলৈ—অমা অমদবা নংদিনে, মহোশাগী মহৌশানি খংলব্রা ?
নংগী রাই শিংপসিদি লাইরবনা হুমিং-থোক্লগা হৌগংপা
ফাওবদা ফত্তে হায়নরিবনি। নংগী ফম্ববক্তা তাকপীরীবা
ঐখোয়দা হুই চিংনবিদ্রোনা ওনশিনবীরক্লগনু ঐদা চংচখ্রগে।

থোইদিং জাম্বী—ঈচে মডনা মঙ হুডায়ত্রিবা, ননাও হুপাক্ত হন্দক
মরকসি ভোইনা উরকখরে... ... ...করিব্রু থোক্লগবনো !!!

মোইরাংলৈ—মঙ হায়বসিমক্তরু খংব্রব', ভোইনা লোইনবনা
খিৎ মউবুনি। করিস্ন ভৌরোই এ। নপুরোয়বা উবদিনে
চাওখ্রংপা লনবু ফংগদবগী তৌরিবনি।

থোইদিংজাম্বী—হোয়নে, হোয়নে ইন্নিংথৌগী লোইশঙদা নচা-
হুপানা ফমনাঈবা ওইরন্দায়দসু তোয়না উখি; চুম্মাদা ঈচে।

মোইরাংলৈ. মঙ চুয়নবা ঈচাগী থরাইনা খোইদাজবা চনু নিঙোল
অনা থিবা হায়বত্তুনি। থে খরে থে খরে থুম্মোকা
পীবংরো ঈচে চঙলগে। নগা লেত ঈবুংঙোনা ঙাইরক্লগনি,
রারীগা হোরোন শারসি।

থোইদিংজাম্বী—ঈচেনা চংলগা হেক লোবীরুরো, ... ... ....
ঐগী লুখুমগী কাদা লৈহেীবনি। ননাও রাইশিংপসিদি
লোইশিনজখিগে কৈদোবগে ?

মোইরাংলৈ—ঈমায়পেম্মা, নংগী ইমুংসিদি বরিনো,... ... ..
লাইদি লাইরদনা মীবু শিরনিনে। কাংখ্রদবু অসুক য়াম্না
অমোং, অকায় পৈশিনলিবসিবু শিরগা পুগদোরিবরা ?
থিজররাওদা, খ জংলাকাদে ঈবেম্মা।

থোইদিংজাম্বী—অসিদা লৈরিবসিবু থেংন্দ্রবকো, ... ... ...তাংজ লিন, নাপ্পীগা ওইন্নবদি চিক্তনা শিন্নি।

মোইরাংলৈ—ঈবেম্মা, নাপ্পীনা চিকত্রবম্ব ভিল্লাইখুম্বী চুদনা শিন্দোন্নী,.... ... হাকচবনা উরবন্না সে। নংদি নথোংনা কাওহনা মান্থনা পোৎ থিববু য়াম্না হৈখন্নেনে।

থোইদিংজাম্বী—অমোং-অকায় লোইনবা হৈ, য়োনিংবা মফমদা য়োৗবা ভস্মী হায়বগীদমক থোঙসনা হায়রিবনি। চৎকমসিদা হেক য়েংলদোনি।

(মমাংদা লৈরিবা কোল-লিক অহু থোঙনা কাওই। ভারিবা পোৎ-চৈহু থৌওইনা কাংখদা লংশিনখিন্নমই।)

মোইরাংলৈ—ঈচেগী ঈবেম্মা থোইদিংজামবী, অহুন্না কোল-লিক, পোৎ-চৈদা থুমোক-তাইরুক্তা থোঙনা কাওবা কত্তেকো। নংবু ইমুং-মহুংসি তনাল-তনাল লৈবা হৈন্দ্রা? মোৎপা হায়বসি নুঙায়-য়াইফবা ফংদবনিকো। অহুগনে ইমুং-মহুং সিবু কোল্লিবা লাইনিংথৌ সনামহি কোলোই মিংলেন য়ামবা "ফুহিং সনা লাইজরেল, সন্নজিং ফমবাল মহীরেল, ঙৌবরেল, পীবারেল, ফুহিং সনা, হুন্নী শুবা অঙাং পুমশুপ শুপ্পা ইবুংঙো অমদি লৈমারেল, ফৌওইবীনা মোৎপসি য়াখিজ্রপোৎনি"।

থোইদিংজামবী—করি করিনো অমুক মমিং-মথা কয়া থোনবীহুনা সেমত্রা'গুন্না পেন্দ্রো-পেন্দ্রো লোললিবসিবু.... — আ পাথাং পুথাংকোক্তগী লৈজরম্নবা "সনামহি সিদববু" ঈচেনা পংহায়দা হায়জিনবীরীবসিবু ঐথোয়দি অমুক্তা তাজরক্তি।

মোইরাংলৈ—তারমখিরোই তারমখিরোই ঈবেম্মা "আ থম্নুং হমজিনবা লাইরোনগী (সনামাহিনা ওইরকপগী) বারীদা ঙচা থায়না কোলোইনরম্ববনি। ন'দস্‌ নত্তে; তাইব'লক্তা থংলমদবা কয়া'মস্‌ হিংলমখিগনি। ঐম্নে ঐখোয় ঈপুবোক, ঈমা পোকপা ঈবেনথৌশিংনা ফুঙ্গা বারী কিবারম্ববদগী থংহো'তাহোবনি।

থোইদিংজাম্বী—ঈচে ঈবেম্মা করম্না "ফুহি'সনা লাইজরেল" কোলোইখ্রিবনো? ননাওদা অমুক্তা থংহনবিরকউ।

মোইরাংলৈ—থোইদিংজাম্বী, "লাইনিংথৌ সোরারেল, ঈমা লৈমারেলসিদবী" অনিমক চীংঙ্ সিদবনা অপোকপনা "য়েং-ওই, নুপা'নুপী ওইনা পুথোকখি। অতুগা অশিল হৈবুংচা, অপক বুরাংচল থে ইয়ুম যুম্বালহল্লে, হৈজীং-হৈরাং চলহল্লে। অপোকপগী লাইপাওনা "চফু অহিংবা অম।" ঈরাংতুনা নিংজখি। ঈরাই-ঈনিল মরক্তা মহী মনিল য়াওনা লৈশল্লকুনা চফু অহিংবদা হুমাজলকতুনা অঙাং-নবা ওইখিবগীদমক' ফুহিং সনা লাইজরেল" হায়নস্‌ খ'নৈ।

থোইদিংজামবী—থোইয়ুম্‌ লাইপাওসিবু তয়ুম ঈপা ঈপুন তাহোবকো ঈচে ... ... .... অতুগা "সন্নজিং ফুম্বাল মহারেলনা করম ওইরকখ্রিবনো?

মোইরাংলৈ—চীংঙ. সিদবা অপোকপনা সন্নজিং ও..বা তর মালং য়াইদগী ঈরায় ঈনিলগা ঈরোইননা য়োইময়াই, লাইরেল

ভাউদনবা কোরো নোংমদোনথক্রগী মহীরেল ওই। কুম-থবিরক্কুনা, ফুজিল্লক্কুনা ফম্বালগী "চকু অহিংবা" মগু দা ঈচায়রগা ঈখোম্নহনা নরা অঙাংগী মওং ওইরক্কপদগী "সন্নজিং ফম্বাল মহীরেল্ হায়নস্থ খংনরিবনি হৈবেম্না।

থোইদ্রিংজামরী—"হুম্নি শুবা অঙাং" হায়না চীংঙু সিদবনা শায়ওল্লক্কপা "লাইনিংথৌ সুনামহিবু" করম্না থংথরক্কইবা ?

মোইরাংলৈ—চীংঙু সিদবনা পীনবীরক্লবা চকু অহিংবহু লাইনিংথৌ লাইরেমবী, অনিনা হুমিং হুম্নি চুপ্পা উনবী পুক্নিং মচা থায়দ লোংদনা ঈরাংচরবদা অপোকপনা কুবিহনা অঙাং ওইনা শাক্লোংবিরকই হায়বগীদমক "হুম্নি শুবা অঙাং" হায়হনা কোলোই শিংথানথি।

থোইদিংজামবী—লাইগী রারী হায়বসিমক্তবু অঙকপা থৌদোক্না থল্লিদো ঈচে। কোরো হুমিং হুম্নিদা অপোকপগী থৌজালনা নরা অঙাং ফংজগ্রবকো। অহুগা "কুহিংসনা, ঙৌবরেলনা" করম থোনখ্রিবা।

মোইরাংলৈ—অপোকপা, চীংঙু সিদবগী থৌরম শিম্বাবু নং ঐনা কর্নিস্থ ঙকফম থোক্তে। য়েংউদনসে লেংলি পাম্লিবা, উবা উদবা কয়া মালেমসিদা হিংলিবনি। হুমিং-থা লোইবী চীংজাও, তু-খোং, পাইরিবা নোং থম্বরুরবদি অমমবগী অমমবা ঙাক্তনি।

চকু অহিংবগী মহুংদা ফংজবা অঙাংহু সনা

অহিংবগুন্না নিংথিজৈ, মচু হেল্লি, লংই হায়বগীদমক ফুহিং সনা" ... ... ... ... মতু নাননা নিংথিজৈ ফজৈ ঙাও্নবগুম্নমু উই হায়বগী ঙৌবরেলমু কৌরীবনি ঈবেম্মা।

থোইদিংজাম্বী—"পীবারেল" কোলোই মিংথোল পীরীবসিনা ঈচে ঈবেম্মা লাই হাক্তকমু শাগৈ পীবা ফমগা থায়নরম্লবরা? পনকোক হৌরকফম অদুবু "পারীহন" হায়না কৌরগা শিংথানবমু ময়াবনি।

মোইরাংলৈ—ওম্নরে-,ওম্নরে ঈবেম্মা.... ... ... ... ... । চীংঙু সিদবা অপোকপনা মালেম তাইবং লৈকোয় পুংসিদা "মৈ, ঈশিং, নুংশিং-লৈবাক অত্তিঙা মঙাসি পুথোক্তুনা চাইন-হনবদগী লেংলি-পাল্লিবা, উল্লী-উপাল, নাপ্পী সিংবী, তীল কাঙ জীব কয়া চোংথোরকখি। থিঙমদ্রবা কয়াসিনদি ঈপুরোই;অপোকপা অমা লৈ হায়বসি সিংথানবা ঙমথিদে হায়এ; ঙম্নবগীদমক অপোকপা মশামক্না "সন্নামহিনা" নুপা ওইবগী অরেপ্পা মওংদা ইহান হান্না শাফোংবী হায়বগীদমক "পীবারেলমু" কৌনরিবনি।

থোইদিংজাম্বী—ঈচে ময়াম্না কোলোই মিংলেন ফজ ফজত্রবসি তাইবং মপু, য়ুময়ুম খুদিংগী লাইনিংথৌ ওইরিবা ঈবুংঙোদা "সনামহী" হায়বসিতমক অকক্লনা খংনরিবসিনা কম্বিগীনো?

মোইরাংলৈ—মচং ওইবা পোং, মতিক ময়াই লৈবা পোংশক অদুগী অথোইবা হৌরকফম চীংঙু সিদবনা লাইপাও ওইনা চফু অহিংবগী মহুংদা সনা মচু ফুদোংনা মহীরেল

ওইদ্রা খোইয়ুম লাইনা শাকোংবিরবগী (সনা+মহীরেল) "সনামহী" হায়না শ্লিংনরিবসিন্নি।

থোইদিংজাম্বী—ঈচেদি য়াম্না মহুং হনজিন্না শিরি-খোইরিনা নহালমথৈ ৱারো পুম্বা থুপচানবাহুনা খ হনবারকপা নত্তে। ঐতনা পুক ফৎতবা মী খংনবা তোয়না হৌমনবদগী খংজহৌরিবনি। নবুকাদি ফখরে, ... .... .... ম্নুমথ'নগদবা তনবু তঞ্জরে ননাওদি।

মোইরাংথৈ—ম্নুমথোং খুদিংগী খুভম য়াহুনা লৈরিবা "লাইনি থৌ সনামহীবু" ঐতগীনি হায়বা য়াবরা? থক্তা ঙাল্লিবা কো-রৌহনদা হুমিৎপু ঐ নংগীনি হায়হুনা কনশিনবা য়াবা হৌনদে। মপু মহাক্কী মীচং-মীথায় নাইদে, লাইর-অনংমু খায়দে। পুক্লিং-হকচাং লুপ্না তরু তহেননা য়ুমলাই খুদিংমক নিংগদবনি। য়ুম হায়বসিমু তাইবং মীগী সামু হকচাংগা অমত্তুনি। মোৎলবা-ফত্রবদি কৈদোনরুনি? ম্নাইবী-থরায়না লৈনিংদবা পেলক্তুবা হুমিওগী হকচাংমু হুম্পোক্তুনা চৎথিবগুম্না লাইনিংথৌনা হৈন্দ্রবা অমোৎ-অকায় লৈবা ঈমুংবুদি করম্না হুংঙায়-ম্নাইক ফংহনগদৌরিবা?

থোইদিংজাম্বী—ঈচে ঈবেম্মা লাইমুক মীচং-মীথায় নাইবা লৈতবনি। মীচং-মীথায় নাইরমদ্রবদি ঐগীমু ননাও হুপাহ্ন লৈফম থোক্তুনে? অসিদমু নত্তনা খোংতেকমীৎতাং, লাইর অনং করিমু খায়রমলোই।

মোইরাংথৈ—নংগী নচান্নুপা "লাকপা, অকোংজাম্ববু" ঐগী ঈচানি হায়বা য়াগদ্রা? নং ঐনা নহালমুক্কী মপোক্তা তোজরুবা

অফ ফত্তগী লিচৎ পুক্লিং শেপ্পনা হন্দকমুক্কী মপোক্তা ফংলরিবা ঙাক্তনি। হয়েংমুক্কী মপোক্তা মীথোই-মীনেগে, হুংঙায়-য়াইফনা পানগে হায়রবদি লু-হেন্না তাইবং লিচৎ চুন্না পানগ-দবনি ঈবেম্মা।

থোইদিংজাম্বী—ঈচে মোইরাংলৈ, হেক তৌরগা ব্রাহৈ খুদিংগী ঐঙোন্দা মোংলিগা, লু হেনদেগা .. .... ... মোংলবস্থু মী, নাল্লবস্থু মী; পামবা কৈনা ময়েক মাবরা? মোংথ্রবা লৈখোমদগী থিনগৎলক্তুনা শাংপা থম্বাল লাইদা কংনরি-বসিনি খংবী উবীরবা নত্রা?

(য়ান্না কলক পোংা ব্রাহৈ খরসি ইতাও-তাওনা হায়খিরম্মী।)

মোইরাংলৈ—লাইজ থক্তা ফুগায়না শাংপা ফজথোইরবী থম্বালবু লু-হেনবনা লাইদা কংনরিবনি, মীনস্থু পান্নরিবনি। মোংথ্রবা লৈখোদগী থিনগৎলকই হায়তুনা লৈখোমদি লোইনরক্কেদনা ঈবেম্মা। লু হেনবা, ফজবা হায়বসিদি লাইনস্থু-মীনস্থু য়াবনি কাওরগনুক্কো। চংলে, চংলে ঙাংনিংবমখৈ ঙাংজ্র-হৌবো। ব্রারা কয়া লৈ; "মীহৌরোনগী" নোংমা লিরগে।

মচে মোইরাংলৈ চংখরে। থোইদিংজাম্বী কোরৌগী মমিনা উখোংতেন য়োরক্লবা ফাওবদা ঙরাং হুমিদাংগী কোল-লিক ফেংদ্রি। চাকথুমাংস্থু লুখাক চগুম্না চায়তুনা লৈরি। তন্দে-মান্দে কোল-লিক্তু ঈকোন-পুখ্রিমপালদা ফেংখরে। ফনেক খোংদায় অমা শেংলহনা তরা চাক থোংবা চংখরে।

থোইদিংজাম্বী—"হা ঈবুংঙো, ঈবুংঙো নংনা ননাইহুবীবু তাইবং লমজাও পুংসিদা মপাং কায়নরবী পোমবীগুম থম্বীরমদনা কয়াদা বানা থাংহৌরিবা। নপারী অকোংজামবসু শাম্মা পাঙ্গল চাওরেদো ঈবুংঙো·········। হা ঈবুংঙো, ঈবুংঙো হন্দক মপোক্কী লোইরেদকো··············।"

কপ্পা কপ্পা তেংথা না-ওইরমবদগী চাকথুমদা চংশিন-লক্কুনা মখোল থোক্লা মতোমতা বাহৈ থরা ম্রুম-ম্রুম শোঞ্জরম্মী।

"হুংশিদা পুকফবা, পুকচাওবদো·····················লায়না মাংখিদা! লাই হায়বা লাইসিনা অফবা মীদা তাননবা, ফত্রবা কয়ানা লৌশিনবীদহুনা হি লিনেসে···········। থল্লু থল্লুরগা পাইমা পুন্নিংসে থোইশাওনখরেদা।"

অকোংজামবা—পলেম-ঈমা ওরা-চাবলেন লোইড্রিবরা? করিগী তেংথা-নাওইবীহুনা হুমিং য়ুংলবসিদা থমজুং সরা তানগ্রবা, অমম লোক্তা কুমগ্রবা, লাইরমলেন্দা তিনগ্রবা পন্থোবু শৈথাম্লিবনো?

থোইদিংজামবী—ঈবুংঙো, লোইরে লোইরে। নংবু ঙসি ঙরাংসি য়ারৌ শাদানবা খোংহাইরুবদা নরুপ-নপিজা কনানা লাকচ-থুহুম চনগ্রবগে; হুংশুক-হুংজাননা চেংলৌ শকলোৎপবু?

অকোংজামবা—কেগে মোইরাং ইরমদমসিদা তমবা কনানা লাকচ-থুহুম চনগদগে ইমা। নচানা নিংখিবা কুমসি কুমগী অহানবা কোরৌ, অপোকপা লাইদা য়ারৌ শাফারগা শরেন চন্দুনা

চাকলেন অমতং কংচহ্নুা পুস্তি মু'শাংনবা থৌনিজগে সরি নামুংখিবা শোইখরেদো। মসিমক্তনা নচাগী পুস্তি ময়েং তারগদ্রা মীপায়জরে পলেম ইমা-ও।

থোইদিংজাম্বী—অহুগী ওইরেকো পাম্নী নদোম চেংলৌ শকফম লোৎনা পাইমা পুক্তিং লম্মুকনরিবা……… । চৗংঙু থাংজিং মপুগী থৌশিন্নি ইমা-ইচানা েোংদম্বা ভম্বা নত্তেদো। সে, সে তরা চাকলেনসি চারগা হুংনাংবা পুম্বা ক্কোকচরো ; মতুং চাম্মরক লৈরিদনা।

"অকোংজাম্বা পলেম মমানা থোংলমবা তরা চাকলেন চারগা মশাবী ফৌওইবী লাইরেমবীনা শিন্নজরকপা মমাগী মরমচৎপু মিকুপ-নাহুম কাংদনা য়ে শিল্লি।"

"থোইদিংজামবীস্তু তরা চাকলেন চারগা লুখাক-চগুম, কোল-লিক ইচাই চাইনা থনম্নগা মমাং থোঙ অহু শবাক ফাক্লগা থোরক্লে। মতোমতা কলক পেন্না ৱাহৈ খর হায়জরম্মী—"তরা চাকস্তু চারবনিনা থুন্থক খুনথা থুংনবা কোইরুখিগে, হৈনা হৈ চানিংলকইবা, ঈচে মোইরাংলৈখোয়দা হান্না চংলু-খিগে।"

মোইরাংলৈ—নশম-ননা ইফা-ফারহ্নুা অমুক লেঙন্নীরক্লবন্না ? হুমিৎ চপ য়ুংবদা তেংথা-নাওইদ্রবদি মতম লৈত্রবন্না ইরেম্মা। ন'না তৌবসি তৌইদকো থোইদিংজামবী।

থোইদিংজামবী—ঈচে, কপ্লবু মফম, মতম য়ে'হ্নুা শিন্দোক্লবা য়াবরা ? মী থাইনা কপ্লরিবসে ৱাখলসিনা য়াম্না হুংঙায়ন্নক্তে বা,

ৱাকয়ৈ হিথক্তগী শক্তিক থাংগৎপদা হৈজ্রাং নম্বোনবী মরিমঙা হুনগৎখিবহ্ উহৌদবোই নিংবরা। অসিদা লৈরেদনা ... ... .... .... ।

মোইরাংলৈ—লোইরেদনা অসিদি, চফু-উয়ানগা থিবদা কায়রেদো। নতৈ হোৗগৎলক্তনা ঐবু হন্থংদা ইপাম য়োৗরগনি ঈবেম্মা। মপালদা থোক্তা-থোকপীরো নচেনা থুম-মোরোক হৈজাংগা পুজরক্তুনা থোৗগলজরগে।

থোইদিংজাম্বী—লৈনা-লৈনা পীজনিংব্রবদি অহুনি ইচে। ঙসি ঙরাংদা লোইনরকস্নু নত্তনা ননাওগী লমচৎ থংবীরবা নত্রা? চানি,—হৈ অহুম-মরিগী মহুংদা অমথক চাববু ইত্তৈনা ফুর চৈরবা য়াগদরা?

মোৗইরাংলৈ—পীজনিংদবগী নত্তেনে ঈবেম্মা, "হয়েংদি ইনিংথোৗ উরালাইজিং তেলহৈবগী "কংলা য়াইবু" হোংগদৌরি ইনিংথোৗ মিংচৎ তাল্লগে, মপু মঙাল ফংলগে থন্দুনা নোংমা চুপ্পা লৈবাকী অঙম-অথৌগা থোৗরমসি পাংথোৗকদৌরি। মসিগীদমক হৈকৎ-লৈকৎ তমগনি হায়হুনা পুরকপনি থংলবরা। ঈবেম্মা থাংজিং লাইরেম্বীনা পেনবিরগা লোইরে; কৎশিনবীরো... ... .... ।

থোইদিংজাম্বী—ঐবু অঙাওবীরা ঈচে; ঙসাইনা তাকপীবা য়াদরা। ইপারী লাকপনা অহুগী ৱাদি পাওদমদেনা ... .... .... ।

মচেনা হৈহু নিংথিনা থোক্লহুনা চামিন্নরি। মাগী মতৌহ্ উবদা মচেনা নোকমি-নোকমি য়েংজরম্মী।

মোইরাংলৈ—লৈবাক-নিংথৌগী রাসিদি মহুংগী মীওইনা কোন্না ভাবনি, কৈরোল-লৈকায়না হান্না মপাল শাবনি ঈবেম্মা।

থোইদিংজাম্বী—চাথোক্লবনিনা চৎলগে ইচে,···· ··· ···থুনয়াইগী ইনাও মেয়াভোনখোয়দা অমুক কোইরুখিগে, কোক্লা কোক হাক্কজরিবা হিকতুম কায়নরুখিগে।

মোইরাংলৈ—নংগী নপোক ঐখোয়না ফংলরোই থোইদিংজাম্বী, লেংঙো লেংঙো মোইরাং ইয়ুম লমদমগী অচা-অথক নংগীদমক্ত-নি। কোরৌনা ময়ুম চংদ্রি ফাওবা কোইরুরো কোইরুরো ইবেম্মা।

থোইদিংজাম্বী মচে মোইরাংলৈগী ইমুংদা ওৎপা মথৈ ওৎলম্নগা নিংভায়দনা চৎখরে। মাগী করিস্থু নাচুংদ্রবা মরমচৎ অহুদা মান্নরুবা য়াদবনিনা অহুমক য়েংহুনা মোই-রাংলৈস্থু লৈহৌই।

অবোংজাম্বা—চীংঙু নোংদম্বা ঐদি মাংলেদনা; ইবেম্মনা হায়-রকপা পলেম ইমাগী শাজৎসিনদি ভায়োন্নরগনি। লু·হেন্দবা, চৎনরোল মান্নদবা, চাকচায়ু'ক মতম নাইদবা ইমাগী অমোৎপা থৌরম-লিচৎ কয়াসিদা খোইয়ুম লাইনা তয়ুম ঐগীদা লৈরবা হায়বসি, ···· ···· ··· ঐগী উনবী পুক্লিং রাখনসে লৈতারক্তে।

"কোরৌস্থু ভরং লমজাও কোইরুবা বায়হুনা অমম লোক্তা খোংহায়খিদোরে, পলেম ইমাদি হলক্তি। চাকথুমাংসিনা লুখাক-চগুম্না চায়রিবা, ইমুং-মহুংসিনা মোৎলি ···। মসিদবু,খোইয়ুম লাংওনবী চহু নিভোল মহাক্লা····।"

পলেম মমানা হল্লকপা উক্রুবমগী অকোংজাম্বা ভ্রুম্বিন চেক-মোক লাওদবা মথৈ লৈখরে। কোইবা মথৈ ক্লোইক্লুরগা মাঙোল কাথৎক্রিভৈনা ভাংবা হৌরক্লে।

থোইদিংজাম্বী—পারী নংবু তাদবরা, মোইরাংগী থুম্বক-খুনথাদা লৈবা মীওইশিংনা থংদ-তাদবা য়াওখিদরে। "লাইরেল ... পা অওনবনা ইনিংথোগী ওইদা নংনা য়েংতা চিরোং খাম্বুনা কিজেং মামনা থৌগনি হায়নহৌই। ইনিংথোগী ...না য়ুমথোং খুদিং পাওজেলহৌই। ... কোরোনা মমত্রিভৈদা য়োবকদবনি পাওজেলখী।

অকোংজামবা—(পলেম মমাগী অচুম্বা ... অতুনা অকোং-জামবা অবাবগী মথক্তা অমাবা, ঈশান্নাগী অতমদা ঈ... লা...ওম কাওমত্রবা, ... থিং-ওমদবগুম্না ঈরাকনরক্লে অম্ম অম্ম ...।)

"পলেম ইমা ইখেম্মা, ... হালকপা য়ারোইদৌরি। ঐদি মাংলেদো, মপু য়া... কোক-পম্বু ভমলোইদৌরি। সরি-ম্বাশক পুম্নোম লোমম্ববা য়ারো শাদাম্নরগী মুংভায়-য়াইক্ল খুংফম্বি। ... কোম্বা কোরৌ নোংমৈসি হোৎববদি, শোইরম্বি ... ... ... মপোকী থাথন পুমবা ... .... .... .... ।

থোদিংজামবী—ঐগীনা ঐতগীনি। লৈবাক নিংথৌগীনা তংভায়-কদবা থৌরমনিদো। লৈবাক্কী য়াইক্ল ...না মহৈ চাওবা হেনবুনি পারি ইবুংঙো। ইনিংথৌগী ... লৈদা অঔইহন্নে; কম্বিগী খায়মা পুক্কিং মচা থামদগে।

অকোংজাম্বা—পলেম ইমা অপোকপী নপাল্লীগী খোঙলেন মংলান কায়রবনি। তাংজ-লুরেন থকসিদা চীংঙু নোংপোক নিংথৌ পাঙ্গলবা নোংমাই মাপলমক্লা অথাক-অরাওগা লোইননা নম্থরকপগুম্না থোক্লরে। য়াইবী থবাইসি হিংলি হায়বতা মঙায়রে, কম্বী থক্ৰী লেমলৈ ঙাগুম্না ওন্না-থোইনা খাংলি-বনি। লৈবাক নিংথৌগী ফংঙমদ্রবা ফমনাইবা ওস্থোক্লা তোম্না পাল্লিদকো।

য়াম্না থম্মোইশোক্লা কপ্লিং কপ্লিং মপী ইরা চেন্না ফোংদোকচবদি ঙমদ মশাবী ফৌওইবগী বাখন্না ওমচাক্লা, কোরৌ নোংমদা পুন্সিগী তংঙায় ফদবা থৌরম অনিনা পুনশিল্লক নিংথৌগী য়াথং হিকতোকপদি ঙমজদ পলেম মমাদা অকোংজাম্বনা ওইনজখিবনি।

অকোংজাম্বা য়াঙ্গোয় শগোল তোংহ্নবা মাবু লোইবা "লাইনিংথৌ উরালাইজিং তেলহৈবগী" মরানয়াইদা খোং-শানখিরম্মী।

# মরিগুবা তাংকক

## ৪

—:০:—

মক্সম—থাংহি ঙাঙোই কেগে মোইরাংগী তোর্ব্বুং লমজাওদনি।

মতম—য়োইময়াই, লাইরেল তাউদনবা, কোরৌহনবা মুমিৎ মা খোম্মদোন অতোনবনা তরং পুংয়াইদগী লৈথখিহুনা নোংমগী শিম্মা লোইশিল্লগে তাল্লকপা মতিক-ময়াই হন্থ-রক্লবা য়ুমচংলমদাইনি।

তোর্ব্বুং মালিয়া মুংশিৎ অকনবনা অমুক-অমুক হুম্লকপদা লেংলি-পাল্লিবা উরী-উপালগী শাখেক্লা নিলথোংলি। মরক-মরক্তা লমলক্কী শজী-শঙাই, উচেক-রায়াগী মুংশিরবা খোঞ্জেলনা অনকপা অমসুং অরাপ্পদগী তারক্লি।

কৌওইবী—( মশাবী অকোংজাম্বগা উন্নসি ঙাংন-হায়নখিবা শোইরবদা মতোমদা অচিকপা মক্সম অত্থদা অঙাওবীগুম্না ঙাংলম্মী। )

"লাক্তরেদো মোইরাংগী অকোংজাম্বা ইঙাইদো। ঐগা মাগা উন্নসি-ঙাইনসি সরি রাশরুবদি ঙরা'নি। ঙসি কোরৌনা য়ুম চংলমদায় ফাওবদা খোংহাইরক্ত্রবা। তাইবং লমচৎ থংবা ঙমদেদা; সরিনখ্রবনিনা হৌজিক্তী ঐসু শেংদোক্লত্রিবমথৈ হল্লরোই। তম্বা ওইবা মহাক্কী মোংবা

ময়ানয়াই মথুল্লদা চেংলৌ শকলোৎলগা থিরুথিগে।
ঐহাক হিয়াংলম লমদম লমন্নুংশিরোমদ হেক্তা চৎথ্রগে"

ফৌওইবী লাইরেম্বী হন্নু মালৈ কারবী হাওহুবী অমুক শা, মনমদা ছম অমা য়াল্লহুনা অরা শকফোংনা চহু নিঙোল অমুক ওন, মোইরাংগী থুলক তমথরে।

মোইরাংগী উরালাইজ্জীং তেলহৈবগী "কংলা হো'বা„ লোইরহুনা কোরৌনা য়ুমচংলমদায়দা পন্থবা তৌদনা থু লরে। পলেম-মমাবু থুরুম্নহুনা য়াইফনবগীদমক থোনিজ্জরম্মী।

অকোংজাম্বা—পলেম ইমা, ইনিংথোগী য়াথংনা কনথিবনা নচাগী তাইবং মঙলান কায়রেদো। ঙরা'মক তল্না য়ারৌ শাফা বাঙম তানবা চৎচরম্লবদি লৈবাক্কীসু, ইমা ইচাগীসু য়াইফ থোইনা চাকহোং-ঙাহোংনা পালমগদবনি। অহুবু নচাগী লাইবকসে নোংদম্বনা করম তম্বীরমগবা··· ··· ··· ; নচানা নিংজরিবা থৌরৈসিদদি পাংজবা ওইজরক্কে পলেম ইমা অপোকপীনসু কুবীয়ুগবা।

অকোংজাম্বা পলেম মমাগী মথোং শোরা থুরুমজে।

থোইদিংজাম্বী—ঙসি কোরৌ নোংজাসিমদি হুমিৎ স্না থোম্মদোন অতোনবসু ময়ুম তম্পাক্তা চংথিগদোরে ইমাগী লাকপা পারী নদোম ঙানবা তোর্ববুং লমজাওদা থোংশানথ্রগনু। হয়েং ইহুং লৈনা ঙানবগা থোংশানবনা··· ··· ··· ··· ।

অকোংজাম্বা—পলেম অপোকপী য়াদ মতাং ওইবনা থেংবা ঙনবা থায়ঙমদরে।চীংঙু থাংজীং মপুনা কুবীরবদা নচাগী

থৌরম থৌরৈ পাংঙমলোইদবা লৈভেদো। য়ারো শানা মকোন চংলকপা মতমসিদা নচা থৌরৈ পাংজরুথিগে।

থোইদিংজাম্বী—চৎচরুরো-চৎচরুরো পারী ও! ইচাগী সরি নামুংদনবা তম্বা ওইবা হোনশা শিন্থা মপুং ফাজরকউকো···।

অকোংজামবা য়াঙ্গোয় শগোল থুত্থুপ থানা থৌ, মথুংগু ভিমেল ভা পায়, নাকলদা থাংশাং য়ান লাংতরুরবা পায়মা পুক্লিংনা ভোর্ববুং লমজাওদা থম পলেম মমাগী মিৎয়েংগী মরুম থুপখরে।

"মঙনা মঙ হুংঙায়ত্রিবা···· ··· ···· ···· ····পারী লাকপনা তফীং-তফীংনা খো দোইখ্রিবসিনা করি থোক্লগবা! থোইদিংজামবী ঐসিবু ইপুরোইবা খায়নবগী নৌরিঙৈসিদা পারী অমুক············।"

অকোংজাম্বা—ঐহাক কদোমদা খোংশাল্লসিগে··· ···· ····, হুম! খুরুংবীরোমদা হেক্তা চৎখরগে। ইবেম্মগা ঐগা উন্নসিং ঙাইনসি সরিনখিবদি ঙরাংনি; ঐনা সোইখ্রবনিনা করিগুম্বা লৈবিরমদ্রবদি পোইরৈ কৈদা থিরুগনি ········?

কোরোস্নু ভানিং-তমাং নোংচুপ চীংদোন লোমখরে। অকোংজাম্বা য়াঙ্গোয় থক্তগী খর কুইনা হোলহ্নবা কুমথরম্মী। খাবনা মচুম ভারবা শগোলনা ভোর্ববুং লমজাহ্নংদা হোনা হোনা অনি অহুমলক খোংলম্মী। য়াহিপ কায়রবা লমলক্কী চেক্লা কয়ানা য়ো য়া, য়োংয়া খোংলকলম্মী।

"মফমসিমক্নি, ইবেম্মগা ঐগা সরি ঈথৈ থাশরম্বুনা পলেম ইমাগী মরমচৎ নিংশিংনসি পাওমেনখিবা ... ...। তাইবং ইরমচৎ শোইবনা খোংদোইগ্রবা জাৎলা ? নত্রগা ঐতবু লক্নরগে তেমশিংনা চে লৌ শকলোৎগ্রবরা ?"

মতোমতা অম্নুম্না ঙাইহাক চোইরোনগুম্না উনবী-ক্নংগী থাখন পরীং শানা পাওহংজৈ। লাতক্নরবা থম্মোয়না মপাল থোক্না হম্না হম্না কোলোইনখিরম্মী ; লমজাও লমহাংম্বু নিলবমথৈ।

"শাবী ইঙায় মচা ফৌ—ওইবী, ফৌওইবী ......
(য়াম্না কম্না) ঐনা কৌবা তারবম্বু খুমলক্নরোই। অহুবু ইবেম্মনা হলকত্রিবা ফাওবদি মফমসিদা অহিংসিনা ফাইগ্রগে।"

অকোংজাম্বা শোংলবা শিঙ্গল-নারেং মরক উরী উপালক্না নাক-য়েৎ ভোয়না ভোয়না য়েংহুনা লাইরেম্বীম্বীবু ঙাইজরম্মী। মতমহুদা ফৌওইবীদি মোইরাংগী খুল্লক্না চংখ্রে। ফৌওইবী—কেগে মোইরাংগী য়ুমথোং খুদিং চংহুনা ইশাগী ইঙায় অকোংজাম্বগী ময়ুন হলকপনা কোরৌম্বু অমম লোক্না কুমথরে। অওইদবী য়াংগেম-শুমচিৎ পায়রহুনা নৈমায় তকলিবসি থোইদিংজাম্বী হায়বহু ওইবা তারে। থোইয়ুম ঐগী মপোকসি ইন্থোক্নম্বু থিখরেদা, য়াংগেম শুমচিৎকা মাইয়োক্নরবকো।

"হা পলেম ইমা ইবেম্মা নমোম্না থিজরকলিবা ঈবুং অকোংজাম্বগী য়ুমসিবু মসি 'ওইবরা ? ঈবুং অকোংজাম্ববু নৈতবরা ?"

য়াম্না চিং-লেম্না চেংলৌ শকলোংনা হংজরম্মী।

থোইদিংজাম্বী—(রাহৈ খোন্দা থিবী, মীহুংশি কয়া চেন্দবী থোইদিংজাম্বীনি। শারবা কালেনগী তুমিৎযুংবদা পোম্বী কাক্না লাক্না লাক্না খো বগুম্না চৈরক্লম্মী।)

"মানি করিগীনো, চেংলৌ শকখংদবী কেগে মোই-রাংগী থুম্বক-গুনথাদা লৈবশি না তাকলক্লবরা হ।! পারী লাকপগী কোলোই মিংলেন পনবা য়াদে খংজ্রোহে!!,,

ফৌওইবী—নহাল নোংগী কোরৌ নোংজা অমদগী পঙ্খোগী শিম্না তুংইম্না তমগী খারী লোম্বুক্লা লৌ কুমজরকপনি। নপারী ঈবুংঙোনা য়ারৌ শাদানবা লাকপদা ইঙায় শান্নথিবনি পলেম খমা ও খংজদবনা কোলোই মিংলেন সৈথাজরুবনি শাওবীগন্নুকো।

থোইদিংজাম্বী—নংগুম্বী চেংলৌ-শকথীবী, চাদ-থক্তবনা চুদৎনরবী, মোৎপনা লময়োরবী কেগে কনাগী অঙাওবী মমোমনা, ... ... ... ... থিগ্রবী নংনা সমগা য়াল্লদনা য়েংনিংদেনে। হুঙ। নংগুম্বীনম্বু ইচা লাকপগী ইঙায় ওইবা য়ারোই।

ফৌওইবী—ইঙায়গীদি পলেম অপোকপী ভিনবীহুৎন্দা থোইশাওননা কিশি থম্বীহুদা তুংদা নিংঙম্বীরক্লোই। পুক্লিং মশেন হু শিং-নজবা, থম্মোই মশেন থোইদাঙবা লাংওন কুমসিং থামলক্লে অপাম হুংগি লময়োনরবদা করিম্বু কায়দবনিদা। লমদম তামখরে ঙসিদদি থাইজগ্রগে ইমা ও!

থোইদিজাম্বী—লমকেংপী, লমহেনবী... ... ... .... ; কেগে

মোইরাং ইরমসিদা লাইমুক ফজবী ; ইচাগী চহু নিঙোল ইঙায় কয়া খাক্তুনা লৈজে থংলবরা ? নংগুম্বী শকাথবীনা য়ুমসিদা পনবা গুকয়া য়ারোই চৎখ্রো চৎলে। । হুমিংতু উত্রা নংবু চমোৎনবী, মমশিনজক্লবনি থংখ্রো ।

ফৌওইবী—ইমা নয়ুমহু'দা চংহননি'দ্রবস্থ মাঙ্গোল খেঞ্জোংলাংদা কাইজখ্রগেবা ; ইঙায়গা অমুক্তদি উঞ্জখিগে কৈদৌবগে ।

থোইদিংজাম্বী—শকথীবী, ন'না ইয়ুমসিদা চংলকলবদি ইচাক মাংগনি, ঈরল তুমগনি গুকচং চংবা য়ারোই হায়রিবসিনি।

ফৌওইবী—মাঙ্গোলদা চংহননিংদবা কাইহমনিংদ্রবস্থ য়েনকথাদা কাইজখ্রগে পলেম ইমা ও !

থোইদিংজাম্বী—শেন্দ্রাং মরুম মাগনি অঙাওবী, ইকায় থংদবী চিনগনবী ।

ফৌওইবী—ইমাগী য়ুমদা পলহনবীনিংদ্রবস্থ কাওরেল-যনগোন্দা ফাইজখ্রগে ?

থোইদিংজাম্বী—কাওরেল নরায় তানি ইবেম্মা তম্নলাই মানবী .... .... ... ।

ফৌওইবী—তেপী ওককোন্দা ফাইজখ্রগে কুবীয়ুগবা ইমা ও !

থোইদিংজাম্বী—তেকপী-ওককোন্দস্থ ফাইবা য়ারোই তেকপী ওক মরায় তানি চৎলুহুকো অঙাওবী।

অমুম মীচু শি চেন্দ্রবী থোইদিংজাম্বীগা খাত্ত পাওদানরিঙৈদা খুন্থক'খুনখা থ'খিগনি থল্লহনা নাতৈ

চাগদবা য়েংহুনা চ'শিনখরে। থোইদিংজাম্বী ফৌওইবীনা চ'খিবা মাকৈদা য়েংহুনা অহুমক মমশিনলক্লবদা লেপলি।

ফৌওইবী—তেকপী ওকোন্দসু ফাইগে হায়বা য়াদ্রবনিনা কাইরৈ য়েনগোং৷ ফাইগ্রগে পলেম ইমা ও!

থোদি জাম্বী—কাইরৈ য়েল্লাই তানিনে ইকায়খংদবী.... ... ... ; নংদা লৈরমউ য়াংগেম শুমশিংনা ওন-ওন্দনা ফুরগা লাকপগী মমা ঐগী ইতিক খংলোইদ্রদো।

থোইদিংজাম্বী ফৌওইবীনা লৈরিবা কাইরৈ-য়েন-গোললোমদা চংশিনখরে। ফৌওইবীসু লাইগী মপোকনিনা শেম-শাবা লোইখরে।

ফৌওইবী—হি! অওইদবী থোইদিংজামবী খোংহায়রকলেদনা। মাগী-য়াংগেম শুমচিংনা কনখিবা থোক্লবদি লাইরেমবী ঐগী হি-য়াই পুমবা চন্নগনি; মপুগী থৌশিন পাংঙমদবা তারে; অমমবসিদা কাইরৈ-য়েনবু ওল্লগা মাংগ্রগে শৌরা কাইরৈ-য়েনগোলহুংহু ইরাং লাংনা পংথোংদা খোংই ঙাইহাক লৈরগা হান্নগুম্মা তুমিন লৈখরে।

থোইদিংজামবী—ইকায়দবী-তৌঙমবীহু কদোমদা চংখরে; লাইনা মাঙইদা মমশিলকপসিদা হাওহুবী মানবীদো চংলম্বা তারে; কাইরৈ য়েনগোলদসু ঙদে। ইথুং পেননবা ফুহৌদবা লান-খবেনা... ... .. । অমুক চংলক্কনা মাং-তাক্লরনি থোংজি নাতে খিংহুনা মৈরা চুখংতুনা কৈরুখিগে... ...।

ময়ুমহু'দা চ'হুনা মৈরা ঙান্না চুখংলহুনা হুমিদাংগী তবা চাকলেন থোংবা হৌখরে। অকোংজামবনা হলকপা কৌবা লৈত্রবদা থোইদিংজামবী উনবী পুক্লিং লাংতক্লনা মপারী মদোম ঙানবু ঙাইজখিরম্মী।

# মঙাগুবা তাংকক

## ৫

—ঃ০ঃ—

মফম—মোইরাংগী খুল্লক, অকোংজামবগী য়ুম।
মতম—নোংঙাল্লমদাইনি ; অনম-অঙান শিন্নরমদাইগী চরক শিবা, মাহৌ ঙনবা উচেক-মায়ানা অমুক অনিরক খোংলক্লে।

কেগে মোইরাং লমদমগী মীওই তাইবং কনাম্ভু য়াকায়দ্রি। মুৎশি মুৎশিরবা থৌবানমীচাক খরনা তংঙায় ফদনা ঙাল্লি। লোক্তাক পাৎতগী লাইজ ঈরিক্কা হৈরাং লৈরাংগী লৈনমগা লোইনরুপা নাম্মিবা মালিয়ানা মোং-হাদনা মোইরাংগী খুম্বক-খুনখা থুনবা শিংলক্লে। কাইরৈ য়েনগোন্দগী য়েনবা লাবগী খোঞ্জেলনা অমুক অমুক শাওজেল্লকই। মতম অসিদা ফৌওইবী লাইরেমবীদি চে'লৌ শক্তম হেন্না, ফজ্জথোইনা লৈতেংলহনা থোইদিং-জামবীগী শুমাং-থেললোংপুংদা খোংহায়রক্লে

ফৌওইবী—তাইবং মীওইবা নশাগীদা খল্লিদা, মীয়ুংশি হৈতেদা। মাগুমবনম্ভু ফৌওইবী ঐবু শকথীবী, মোৎতাই সুদায়নবি, চাদ থক্তবনা চুদৎনবী হায়না তাথিনা তৌথিবা লাইগী ইতিক থংহনলম্লগে।

"ইঙায়গী পলেম অপোকপী ইন্নুং ঙানখিগদে রে য়াকায়রসিদনা. থোমলেন মিকপ থোক্তিবরা ?"

থোইদিংজামবী—ইন্নুংসু ঙানদ্রিভৈবা ফাওরকলিরসিনা ভরাংগী শকথীবী, হাওন্নুবী মানবাসে কদাযদা নাইগনা য়ারেকলুংরিবা·· ···? ইচা লাকপনা হলক্তবগী থবাইসি ভৌহ্নবা লৈরিভৈদা নংগুমবীনসু··· ····· ····· ভরাং ফুবা ফংহৌদবগী হুংশাহ্নবা লৈহৌরিবনি, ইখুৎ পেন্নবা ফুহৌরুখিগে ; লৈরমমুদনা····· ··· ·····।

থোইদি'জামবীনা থো মা কাংলহ্নবা তফিং-তফি না খোইদৌখিৎনা হাৎলুরগে হাযবগী মতাগুম্না থোরক্লম্মী।

কৌওইবী—মোৎতাই শুদাহনবি, নংনা ঐবু শকথীবী হায়ংবা নশক-ইশক য়েংনসি লাও। কাইরৈ যেনগোম্দা মপুনা য়াদনা ,য়ারেবপগী লম্মন শিবীরমগে ইঙাযগী পলেম চিন্থীবী।

থোইদি'জামবী—হি। করি মতৌনা ··· ··· ··· !!!······· থাবুং থাজগুম্না শকহেনবী চবৈ-মমথা' থোল্লীবী ইমানা পোক-পদগী উখিদ্রিবী ফজথোইরবী নংবু ··· ··· ··· ···ঐবু মঙলা তাইবংলনে ?

"ইবেম্মবু থোইযুম লাইরা-মীরা কে'লোইনা হরি কৌবগে, পোইরৈ লমদম কৈদঙ্গীনো পারী লাবংগী ইঙায়ও ?"

ফৌওইবী—ফৌওইবী ঐদি থোইযুম লাইনি ; নচাগা ঐগা অমত্তনি। নরমচৎনা পুন্সিগী উয়দবা তারেদো। ইমুং-মনুংগী, পোথংদবী তযুম ন'গীদা নচাগী নঙায় হ'ক মপোকীদি ক'ওম্নবোই থ ক্তো।

থোইদিংজাম্বী—ঈমা, ফৌওইবী লাইরেম্বী তাইবং ইৱাহৈ তাথি-বা, অমোৎ-অকায় পুন্নমক লৌথোক-চামথোকচরগে চুমদবা ইরমচৎ হোংলগে লে শিনবীরসি মোংবা ইযুমসিদা।

ফৌওইবী—থোইদিংজাম্বী তুংগী ৱাথন থন্দবী, তাথী-তাওই মা ওইনবী অচান-মীরাই নাইবী চরৈ নমথাংসি কন্দুনা লোইমোম ফৌনা সন্নজীং শানা নওমাংসিদা পৈবীরমগে থংজোহৈ।

ফৌওইবীনা চরৈহু কন্দুনা লাইগী মতিক উৎতুনা ফৌনা সন্নজীংগুম পৈবীরে। চরৈ নমথাংহু অমুক হনজিন-থরে।

থোইদিংজাম্বী—পারী নঙায় হল্লক্তিবা ঙাইহাক ফাওবদদি পম্বীথো। পলেম্মা তাথী-তাওইননা চৈথিবা উনবীহুংদা কিশি থম্বীহু ঈবেম্মা। তাইবং লিচৎ চুমদবা ঐতবু কুবীযুগবা··· ·· ···।

ফৌওইবী—ইশাবী ইঙায় অকোংজাম্বগী মমা সাংগ মাংনব', "য়েক-সলাই" তুম্নবা পোকপী, নহাকথক্তা নচাসু মাংলেদো। নংগুম্বীনা থাবদা লেপ্পদি হায়রুনো নং লৈবা মাইকৈদা

ইমাই ফাওবা ওলক্লরোইদবনি ইকায়খংদবী লৈজহৌরো ... .... ... । নচা লাকপনা ঐবু হংলক্লবদি খা-মৈরম পাংবদা থোংহাইখি ভমজো ।

থাবুং থাজগুম্না চিক-লেম্না মশেক-মঙালগা লোইননা ঙাম্মোইনা চৎখরে। থোইদিংজাম্বী তৌরমলিবা মভোঙ্থ য়েংহ্নুনা থাংহৌই ।

থোইদিংজাম্বী—ইমা-ইচাদি মাংজরেদো,... ... ...লোইমোম ফোনা পৈবিরম্লগা ইবেম্মদি খোংহাইখরেদো।

তোর্ব্বুং লমজাওদা অকোংজাম্বদি ইবেম্মবু ঙাইহ্নুনা চাদ-থক্তনা নোংলেনখি। ইঙ্গুং ঙাম্লবা ফাওবদা হল্লক্লবা অহ্নুদা চিংনবগী ঈরৈনা লৈঙম্লক্তরে। মোংবা মরানয়াইদা খোংশাল্লগে খলক্লহ্নুনা য়াঙ্গোয় শগোল তোংখৎখরে।

অকোংজাম্বা—ইঙ্গুং ঙাম্লবা চীংথৈ ফীহ্নুপ হুল্লবা ফাওবদা তোর্ববুং লমজাও থাদোক্তনা পোইরৈ কৈদা খোংশানথ্রবনো ইশাবী ইঙায় মচাদো। খোইয়ুম লাইনা তম্বীরক্লব ঙুংঙায় য়াই-ফজো পীনবীরক্লবা "ফোওইবী লাইরেম্বীবু" ভম্বা ওইবা ইরমচৎনা মাংহঞ্জরবা। পলেম ইমাদা পাওমেনরম্লগা ইশাবী মাবু ফংদ্রিবমথৈ থিথিগনি সরিসো।

য়াঙ্গোয় শগোল খুহ্নুপ থানা থৌহ্নুনা মোইরাং মথুন ভম্লকখি। ইঙ্গুং ঙাম্লবগী হৌনবা লমলক্নী উচেক-বায়া, য়ুমগী পোম্বীশিংনা নিল খোংলক্লে। ভয়ুম মীগী মখোলজেনম্ন ভারক্লে।

অকো'জাম্বা—হি ! করিনো পলেম ইমানা অয়ুকী য়েনদা অঙনব-সিদা মমাংদা লোইমোম ফোনা সনজিংগুম্না লৈরগা হুংগুক-হুংজান্না য়েংহুনা পীরাং শিন্থরিবা··· ···· ···· !! মোইরাংগী ভম্বা কনানা লাকচ-খুহুম চন্না ফৌকৈ থুগায়রম্লবা... ... !!

য়াঙ্গোয় শগোলদগী ভ ন্না কুমথৈ। পলেম মমাগী মনাক্তা চংশিলম্মী।

খোইদিংজাম্বী—পারী ঈবুংঙো হুংশিবা, পলেমগীদি থবায় ওইরিবা ইয়ুম কেগে মোইরাং ইরমদমসিদা ভয়ুম কনানা লাকচগদ-গে। ইচানা ঙরাং অহিংচুপ্পা নোংলেনলুবদগী থোক্লীবা ঙাক্তনি। ঙরাং কোরৌ ময়ুম চংখিবগা চীংমী-ভম্মীস্থ মানবা চন্থ নিঙোল অমা ইচাগী ইঙায়নি হায়হুনা লাক্লম্মী। অকোংজাম্বা পলেম মমাগী মাহৈ খরসি তারুরগা কোক্তগীনা তোন ফাওবা থংনি'বনা লাংক্তনরহুনা মমাদা হংজরম্মী।

অকোংজাম্বা—ঈবেম্মা অহুদি লমদনকৈদা খোংশানপ্রবগে পলেম অপোকপী ·· ···· ···। নচ'দা পন্থবিদনা তাকপীয়ুগবা।

খোইদিংজাম্বী—পায়মা পুক্লিং ভপথখো ঈবু'ঙো, ইমা পাওদমখি-গে। ঙরাং য়াচংবদা শকথীপ্রবী, চমোৎনরবি, চাদ থক্তবনা য়াঙ্গংলবী চন্থ নিঙোল অমনা ইচাগী ইঙায়নি হায়হুনা য়ারেককে হায়জরম্মী ; ইমানা লেকহনখিদরে। নোংঙাল-মদায়দা নমাবু হৌদোক্তুনা কজপ্রবী চন্থ অহুনা চরৈ-নমথাং কলম্নগা লোইমোম ফৌয়ামসি পৈরম্লিবনি। অহগনে ইচানা হলক্লগা "খা-মৈরম পাংদা চৎখি হায়না ভমজো হায়না অশাও পরৈনা খোংশানথরে।

অকোংজাম্বা—পলেম ইমানা লিরি খোউরীবা মচা কয়াগী মমাগুম্না চিখোন নাকোনবী ওইরন্নবাদ পুন্না লাইরৈবাক য়োরমগদবনি··· ··· ···। ঐগা লাইবকসে ওস্থোকপনি, মুংঙাইবা শরুক ফংদনা য়ানা কপ্পা অপামংলংশি শেংনা কায়নৌ তমগ্রমালে .. ··· ··· !!!

থোইদিংজাম্বী—পারী নংনা পলেম নমাদা চিঙ্গোয় পাওমেনরম্নবদি পুন্নমক য়াঙ্গৈথুংনরমগদবনিদো··· ···· ···। মাঙ্গোয় তোংহনা লাইরেম্বী মাগী খোঙ্গুল লিরবদি ফংথিগনি পারী ও।

অকোংজাম্বা—পলেম ইমা ঙসি কোরৌ নোংজাসিদা লাইরেম্বী মহাকপু যংঙমদ্রবা নচা লাকপা অমুক তাইবং পুংসিদা খোংদোইরক্লরোই ; নচা খোংদোয়জরুথিগে অংপোকপী।

অকোংজাম্বা মশাবী ফৌওহবাবু উন্ননিংবগী লাংতক্লবনে, পলেম নমাগী অথি য়াহৈনা ।ংঙোল কাদা থুরৌ থাংহনা মাবু ইস্থোকপীরগদ্রা খনবগী খুংগাংবনে লৈতাদনা য়াঙ্গোয় শগোলহু অঙম্বা মথৈ য়াংনা থোখরে। তাইবং লিচৎ চুমদবী থোইদিংজামবী মমাবু য়ন কপ্পা চানু য়েংহনা লৈহোই।

---

# তরুকন্নবা তাংকক

## ৬

—ঃ০ঃ—

মফম—ঈথাই চীংজিন।

মতম—য়োইময়াই, লাইরেন তাউদনবা, কোরৌহনবা হুমিং সন্না খোমমদোন অতোনবস্থু চীংগু সিদবা, অপোকপগী থৌরম শিন্থা ময়াথং কায়দনা তরং-মালং পুংদা নৌনা খো দোয় হুনখিবনা উতোন-বাতোন লোমথরে।

ফৌওইবী লাইরেম্বীনা মদোম নিংতমদ-নিংতমদ মমাই মথা ওল্লহনা লেপত্রবা তুরেলগী ঈচেলগুম্‌ লি। পায়মজুংদা মশাবী অকোংজাম্বগী বাখন্না ওমচান্না ন মপোক অমদা বাইথুংনবা তারবা ... .... ... ... অস্তুন্না খনজখিরম্মী। থুংনবা মিকুপ অমদা মখোল থোক্লা বাহৈ খরসি হায়না হায়না চংখিরম্মী।

ফৌওইবী—শাবী ইঙায় মহাক্কী মোংবা মরানয়াইদস্থু নোংলেন কাওবদা উনজবা কংলক্লবা... .... .... ... ... ।
লমদমকৈদা সরি বাশক ডাকওমদনা খোংদোইগ্রবে নহাকপু হুংশিবা!!

অকোংজাম্বা—ও! তাল্লবা বিংয়েংগী মমাং ইথায় চ চংলিবসি ইবেম্মা ফৌওইবী লাইরেম্বী ওইবা তারের

(য়া'গোয় শগোলহ্ লেপ্তুনা থৌরহ্না অপাম হুং'শি ৰাইথুংনদবা তারে থন্দুনা লাংতক্লরবা থম্মোইনা চিম্বালথোং-দা মকা লাম্না কৌজরম্মী। )

"শাবী ইবেম্মা হুংশিবী "ফৌওইবী লাইরেম্বী; ফৌওইবী লাইরেম্বী··· ··· ·· ····।" কয়াদা নিংঙায়দনা থোইনা খো'দোয়রিবনো, ··· ··· ···· ···অকোংজাম্বা ঐনা কৌ'বাস তাবীদ্রবো'ই।

ফৌওইবী—পোইরৈ অতাম্বদগী য়াঙা থোঞ্জেলনা উনবীহুংদা ঈথক হৌনা চহু নিঙোলগী না তারকলিবসে তয়ুম অকোং-জামবগী মৰাহৈ হুংশিবা নত্তনা লৈতেদো। অহ্বু তানা তানা তাশিন্নদনা অম্ম খোংহায়রগে···· ··· ···।

ফৌওইবী অহুমক লেপ্তুনা মশাবী অকোংজামবগী মমা থোইদিংজামদ্বীগী ফত্ত মরমচং কওাঙমদবনা থোইনা চংলি মমা'ই মখা ওল্লহ্না।

অকো'জাম্বা—(য়া'গোয় শগোলথক্তগী কুমথরহ্না খর ফুইনা অমুক অনিরক হোল্লগা ফৌওইবীদা হায়থিরম্মী। )

ইবেম্মা লমদমকৈদা চংকদৌরিবনো ঙাইহাক্তদি ঙাইবীখো চিনগোয় পাওমেন্নখিসিদনা। অহানবা পুন্সিগী মিকুপ্তা শকথঙনখিবা, পাইমা পুক্নিং হরাওহলম্লগা অপাম হুংশি তম্বীরম্লগা ঙসিনা তাইবঙদা ঐবু ৰাজহৌরো হায়হ্না হুন্দোক্তুনা চংলগদ্রা?

ফৌওইবী—ভাইবংলক্তগী অথোইবা শাবী ইশায় ঈবুংঙো মুংশিবা নংনদি ঐবু কোলোইনবীহনা খামলিবা। নংবু পোকপী পলেমবু মুংশিমনদবগী শরি রাশকখরে। ঐহাক অমুক হন্না মাই ওল্লরোই নরমদমদা।

ফৌওইবী লাইরেম্বীনা অকোংজাম্ববু অমুক হন্না উজবা কংলরোইদবা মপোক্লি খন্না মিন্না অনিনা ভথক্লবা শক্তি অমোমগুম্না য়েংজরম্মী মশাবীদা।

অকোংজাম্বা—খোইমল্লিদা ইবেম্মা ঐনা ঙাইহাক্তা লেপ্পীখো হায়জবসিবু য়াবীররোইদ্রা ?

ফৌওইবী—থাংহি ঙাঙোই কেগে মোইরাং লমদমসিদা পলেম ঈমা থোইদিংজাম্বীমুক মীমুংশি খংদবী, ভাইবং শিম্বা চুমদবী লৈরম্নরোই। ঈশাবী নংনা কৌবা লোইনা খংইদো। নংনা ঐবু থোইমল্লি হায়বিরকপা রায়রো·পুরোনা উনবী মুংদা কিশি থমথিবা মকমসিগী মমিংদি “মলেন থোইয়া” কোলোইনরম্নগেকো মুংশিবা।

অকোংজাম্বা—অহুমনদি ভাকপীরে মুংশি নরাহৈনা, শাবী ইবেম্মা নহাক্না পলেম ইমাগী ভাথী রাহৈ, নও য়ুমবালবু নাথৈবীহনা ভয়ুম ঐতগী খনবিহনা চানবীয়ু, কুবীয়ু অশেংবা মু শিং-বীরবদি মোংবা ইরান য়াইদা খোংহাইরসি ঈবেম্মা।

ফৌওইবী—থম্না থক্কী ভয়াং-ভশোয়বা পুন্সিগী ঈচেলদা ভয়ুম ওইনা শাকোংবীরমবনা রাখন পরিং চুমবীজবোই। খোইয়ুম

মপোক লাংঙন ওইখিবমা ঐহাক্তী সরি বাশক কায়ঙম-
দরে। হন্দক মপোকসিমদি অমুক হন্না নরান লাইদা হনবা
য়ারক্লোইদো ভয়ুম ও!

অকোংজামবা – করে, তাইবং পুংদা অপাম-চপ্পশি শেংনা কায়না
কাগৎলবা লেমলৈ ঙাগুমা কংঙ্কালদা বানা লেংদবগী
শরুকপুদি য়াইবী থম্মাইসি লৌবিরমখো হুবেম্মা। (বাহৈ
থরসি য়াম্না থম্মোইশেংনা হায়জরম্মা।)

কৌওইবী—নাম্নৌ পুরৌবীগনুকো ইবুংঙো, নহাক মহুনা ঐগী
নোংদম্বীবা তয়ুমদস্থু খোইয়ুমদস্থু অমমুক লৈজত্রবনি।
পুনগ্রবা লৈপুলনি, য়োমগ্রবা খৈয়োমনি, মপু মাগী শিন্নানি
ঙাইতমদবা তৌবীরগনু। তোর্ববুং লমজাওদা কোয়ো হুমিং
নিনি চপ্পা ঙাইজখিবা ঐহাক্নি।

অকো'জামবা—তাইরং ওইবা থৌরম্না য়ামখিবনা ইনিংথৌ উরা
লাইজিং তেলহৈবগী "কংলা-য়াইবুং" হোংবদা লাইকম লাক-
পা ঐহাকপুস্থু য়াওদবা য়াদে তাকপিরকপদনী সরি-বাশক
কায়খিবনি ইবেম্মা। ঙরাং তাংলৌ অহিং চপ্পা ইশাবী নংবু
ঙায়জরুবনি। নাথৈথরমালে থম্না হলকপগা ইবেম্মগী
খোঙ্গুল লিজরক্লিবসিনি।

কৌওইবী—শাওবীরগনু, সরি বাশক্লখিবদো কোরুরসি শাবী
ঈবুংঙো। মোইরাংদা কৌওইবী ঐনা খোংদারক্তুনা ইঙায়
অকোংজামবা নহাকা থেংনহুনা কৌকৌরোল তাইবং চিঞ্জাক
কয়া পুথোক্লমই হায়বা বারিসে লৈহৌরসনু।

চন্থু নিঙোল ঐহাক্না তরা চয়োমসে নহাল মপোক্তগী য়োম্লকুবা চয়োমনি মসি অমত্তদি চামিন্নখিসি। অতুগী লাই- নিংথৌগী থৌশিন শিস্থাসি শিনজন্নগে।

কৌওইবীনা থোকপা তরা চয়োমক্তু মশাবা অকো- জাম্বগা চামিন্নরে। মাহে কান্নন লিশাং থানত্রবস্থু লোম্নোক্তবা মিৎস্না লকা অনিনা সুংশি সু শি পায়মা সুংদা কিশি কিনখরে। লৈরাংগী লৈনম, খোইমুগী চিরোল চীংঙনা নোংদম্বীখিদরে। খোইমুগী অবাবা ভাইবং পুংদা অরেম্বা তাহৌরে।

অকোংজাম্বা- লাইনিংথৌ সোরারেনগী ময়াথং ভাইবংগী কৌ- কৌরোল ইবেম্মনা পুখিন্নকপা পুম্বা নশাবা ঐঙোন্দা শিস্থাহু পীনবীরমলো।

কৌওইবী—"কাইরৈ য়েনবী অমুবী, লিক্লাই ময়োন চোংবনে।
তেকপী ওক অমনে, লৈশংনা লৈ ওইগদবনি
তাওজিং-হৈরাং মনম সুংশিবা, হকচাংগী মঙংশিম্বা হৈচাং হাপ্পা।
চুঙো মতাং শাংনা অথুম-অহাও হাপ্পীয়ু।
অয়াওবা মস্থু মীওই থুদিংমক, তরা পুকথম্না পীজগদবনি।
চিন্থি-কারাম্বা, বামাং-ভাংবা চরৈ ককথক্তা য়াদেদো।
চেংলৌ শকউবা থবাই পানবশিংগীকোলোইনবা য়াদেদো।
ইবাননিগী মিংথৈসিনা উনবী পুক্লিং চংনা কৌকৌন্নকপা শোঙবা ভাইবং মীগী অম্বাং-অত্তা লোইমোম কৌগী শরুকসে মহুতদা শিংবীরমসে।

অকোংজাম্বা—তাইব' পু দা ওসি কোরৌ নোংজাদগী লাইনিংপৌ সোরারেনগী লাইপাও ফৌকৌরোলসে তয়ুমসিংদা। ব্বারান্দুনা পোংইরৈ মালেম শিনবা থুংনা হুংওয়ায়য়াইকহল্লগে ইবেম্মা।

ফৌওইবী—ওসি কোরৌ নোংজাসে অমুক হলক্লরোই তু-খোংগী ঈংচলগুম্বনি। খোইয়ুমলক্ত পোক্লম্বনা সরি কায়রবদি পুন্সিংসে ঈথন্নহুনা মাংলনি। হন্দক ঐনা তাইবংদা লাংওন্নকপসে নং ঐগী শরুক নোংদম্বীরমদরে। লাংওন মপোক অমদা তাইবং পুংদা পলেম-পন্থোগী মমোমলোই ওইনা শাফোংলহনা হুংশি নংতগা পন্থুংনসিকো।

অকোংজাম্বা—হায়জবা পুম্বা থোহু-হুংপাক্ত লাইজ-ঈশিং চায়বগুম, তরেং ময়োংতা থাউ-থাকপগুম্না থোক্লবনিনা ইবেম্মনা অরেপ্পা লাংওন অহুমতং তাকপীরমউদো।

ফৌওইবী—তইবং পুংদা ইশাবী নংগা লোইমোম ফৌবম চাম্মগা নিপাল পুথোকপা হৌরকপদা সরি ঈথৈ ব্বাশক্লব' কায়থিবদগী থোইনা শাওনা চংলউৈদা তংতনা "থাম্মী" হায়বগী দমক "থম্বা" (থাম্বা) ওইনা পোকলকউ।

ঐবুনা নংনা থাম্বদা যাদে "থোইমল্লি" ব্বাবৌবীরবনিনা অথোইবী চহু নিঙোল "থোইবী" ওইনা পোক্লগে। তয়ুম মরমদম হুংশিবা মোইরাং নিংথৌগী মথোম চরৈহন ওইরগে। কেগে লৈময়োন তরেৎ শাম্নহনা চৌংগু থাংজিংগী লিলা মপুং ফাহনসি ঈবুংঙো।

অকোংজাম্বা—লোইমোম ফৌওইবী লাইরেম্বীনা লা'ওন মপোক তাকপীহুনা তয়ুমগী কোলোই মিংলেনস্থ তাকপীরম্বা, ঈবেম্মগীম্ম তাকপীহুনা "খমবা-খোইবী" ৱাইথুংনহনবা অথাকপা লৈতনা তাকপীগনিদো খোইয়ুম লাইরেমবী।

ফৌওইবী—ঈবুংঙোবু পোকচবী পলেম ঈমা ফত্তবীহু মাবু ঐনা হু'শিথিদবা তাইবংনা থংনহৌরজসহু। থারী লোৌবুক্তা লোৌয়েবদা "খোইদিং" পুথরবদি ফোথোক হল্লসহু। ঐবু পলেম্না তাথী তাওইনা তৌরম্বদগী কলক মীহৌনা "পান্নকপা" পলেম্না "পাম্বা" কৈ ওইনা পোকসহু। ঐগী ইন্নমগীদমক য়াইবী থৱাই মাংসহু। মহুদা লম্মন শিংবা ওইরগে।

অকোংজামবা—হুংঙায়রেদা ঈবেম্মা, তাইবং মপোক্তা পোকচরবস্থ ঈবেম্মগা থে নজবদগী চীংঙু সিদবগী থৌজান্না ইপোক লাংওন থংজরবনিনা পুন্সি মমল খ না কেঞ্জবা ফংলগনি খনবদা হুংঙায়জরবনি অহুমওইনমক··· ··· ··· ···।

ফৌওইবী—ঈশাবী ঈবুঙো হুংশিব, থ'লেন মাঞ্জ পাম্মুবা, তয়ুম নংবু খোইদাজবা, চহু নিঙোল ঐগী য়াইবী-থৱাই ওইরিবা, তাইবং মপোক লোইরকখো লা'ওন মপোক শুরগা অপাম-হুংশি পন্থুংনহুনা পুন্সি তোলোইনা পোমবীগুম চিলোক্পা, চেক্লাগুম চিনদিন্না, তাইবং পুংদা ইবাননিগী হুংশি হুংওন ৱারীনা য়ুমথোং থুদিং নিলহনসি। ঐদি নহাল নোংগী মপুগী শিন্থা লোইদ্রি মালেম থুংনা কোয়রুখিগে।

অকোংজামবা—শাবী ইবেম্মা হুংশিবী, খোইয়ুম-তয়ুমলক্তগী

অথোইবী, অপান-হু'শি লমযোনা তমবীবুম্নগা মালেম থু'না খোংশালগেরা ? তয়ুম ওইবা ঐথাক্না লৈরাং নহাকপু নাপ্পদ্রা থেৎচনিংবা ফ'ঙমদ্রে হন্দক মপোক্তদি। তাইবং পুংসিদা অপাম-হুংশি শেৎনা-কায়না নতুং ইনসি, ইনঙমদা রানা লাংওন অমুক ঙাইহৌরগেকো হু'শিবী

ফৌওইবী—থংলেন নহাকসু নিংঙমদ রাথনা লাংতক্লগনু, হন্দক মপোকসিমদি বাইনা শ্রমদিং তেল্লসি ; পাবা পীরোইননা কায়নবা তারেদো। অয়ুক হুংথিলনা তয়ুম-নাওইরগা, হুমিদাংনা খোইয়ুম লাই ওইনা থুম্বোকলুথিগে হুংশি নকাদগী।

অকোংজামবা—চন্তু নিঙোল নংনা পোইরৈ থুংনা থুম্বোকপদা ঐতবু তৎপা কাংবা লৈতনা উনবী থম্মোইহুংদা চেৎনা কিশি কিবিহুনা নশাবী অকাংজামববু থাগোনবীযুকো ঈবেম্মা। অয়াং লমহৌরসি থুম্বোকপীরুরোকো হু'শিবী।

(ফৌওইবী অকোংজামবগ কাযনবহুনা খো হাই-থরে। অকো'জামবসু ফৌওইবী লাইরেমবীনা চৎথিবা মাইকৈদা চপ লেপ্তুনা যেংহৌই। মরু লুক্না ঙাইহাক পু'গোয উনবীহু'দা মশাবীগী বাখল্লা ঈরারুজৈ। তল্লা অমুক হ্লিংযেং তারুধদা লনজাও লমহাং পাৎশমখীবহু উরে। )

"হি ! হাওহুবী ওন্দুনা পাংসিদা শমখরেনা,.... .... ঙসি কোরো নোংজাদগী লাইরেংবীনা হাও ওন্দুনা চংখিবা

পাংসি "হাওরম পাং" কোরম্লগে সরিসো, হয়েং তুংগী চারোল শুরোম্দস্থ ঐখোয় অনিগী মরিসি মুংতনবা.... ... "

ফৌওইবী—ঐনা লাকপসে ফনস্থ লমশা লকলে, ঐনা চঙ্গু নিঙোল ওল্লকপা খোং নংগী কোলোই নমিংদি ঙসিদগী "নিঙোল খোং কৌরম্লগে"। অতুগা "কংস্থ" চারিবা মফমসিনা "কংস্থ-রবী খোং" কোলোইনরম্লগেকো। পোইরৈ মালেম শিনবা থুংনা অম্মুম্মা থুম্মোকলম্মী ষারীনহৌরসন্থ।

( লমজাও-লমহাং, চীংয়া-তময়া ওইবনা হুংশিং কাহৈম্মা শিংলি। ঙসাই মথৈ খোংশানবা ঙমত্রহুনা লাং-তরুবা অকোংজাম্বগী হুংশি মিৎয়েংদগী মরুম থুপথ্রবা ফোওইবীবু নিংঙদবা ঈচেলম্মা তাওথোকপা মথৈ চেনশিন-লক্তুনা ঙমচাকনহল্লকখিরম্মী। তাইবংদা মঙলাক্লরবা অকোংজাম্বা হায়কম খংদনা মশাবীবু নিংশিং-নিংশিংনা ষাহৈ খরসি মংখোল থোক্লা শোনজরম্মী। )

অকোংজাম্বা— চঙ্গু নিঙোল মহাক্লা মদোম লমজাও-লমহা দা মপুগী শিন্থা পুহুনা ঐবু কম্বীথক্কী লেমলৈ ঙাগুম খাংহল্লম্লগা চংগ্রবা... .... ... .... !!!

ষাহৈ খরসি নিংঙমদ-নিংঙমদ মদোম হায়জরগা তামথ্রবা ফোওইবীবু হম্মা হম্মা কৌজরম্মী।

"ফৌ ওইবী... .... ... ফোওইবী. ফৌ, ওইবী"।

লোইরবা

# —অরানবা চুমথোকচবা—

| অরানবা | লমাই | পরেং | অচুবা |
|---|---|---|---|
| য়ুমলৈমা | ১ | ৮ | থুংলৈমা |
| নো লেনদম | ৩ | ১০ | নোংলেনফম |
| অহিংসিনাদ | ৩ | ১৩ | অহি সিমদি |
| থাংহিং | ৪ | ১২ | থাংহি |
| হনু কারবা মালৈ | ৫ | ১২ | হনু মালৈ কারবা |
| নোজাসিদা | ৯ | ১০ | নো জাসিদা |
| শাফোংখরে | ১৩ | ১৫ | শকলোংখরে |
| হাকচবনা | ১৭ | ৪ | হাকৎচবনা |
| বুবা চল/থেইয়ুম | ১৮ | ১২ | কুরাংচল/.থাইয়ুম |
| চলহল্লে | ১৮ | ১২ | চিলহল্লে |
| সামু | ২১ | ১৩ | সমু |
| তরা চাবলেন | ২৩ | ১৩ | তরা চাকলেন |
| হে/য়াইবু | ২৬ | ৩/১২ | হৈ/য়াইবুং |
| মোংলি | ২৭ | ২২ | মোংলিবা |
| ইশাবা/খমাও | ৩৩/৩৪ | ১৫/১১ | ইশাবী/ইমাও |
| নুমিংতু/কাইজগ্রগেবা | ৩২ | ৩/৬ | নমিংতু/ফাইজগ্র |
| তেপী | ৩৫ | ১৬ | তেকপী |
| থুনবা | ৩৭ | ৮ | থু নবা |
| থো হাইখি | ৪০ | ৩ | খো হাগখি |
| মমাবু | ৪৪ | ১৬ | মমানা |
| ............ | ৪৪ | ১৩/.৪ | পোটরৈ—তয়ুম |
| বাব /রিং | ৪৪/৪৫ | ১৩ | য়াব /সরি |

## ফোংথৃবা লাইরিকশিং ঃ—

১। লৈমনচল্লবী।

২। ভিক্ষারী।

৩। "লাংগুন মপোক অমদা। ফোগুবা হুরিং '—

ইণ্ডেনগী থাবুং, মুংথিলগী পুং ১ (তাং ১৭।৭।৮১)

(মথৎগী লাংওনদু ফোংজরগনি)

## ফোংলগদবা ঃ—

১। লপাকলৈ, ২। ঐগী নাচোম লৈরেং) (EDUCATION OFFICE তা থাগৎখিবা লাইরিক .৯৮০।

৩। ঐদি শাগৈ অমগী মৌনি। (ড্রামা)

৪। কোর্ফু য়োল্লগা তুম্ব লেপ্পা।

৫। বারকী তয়ান। (চিঙ্গালদনা লাংবলগী ংগাইহি, থম্মোয়দনা হু ফুম্বী ওক্তবী ংস্নুং মচাশিংনা মরি-মতদা অফব, শাবগী বারীনি।)

৬। থো'-ভাম মো'দুম (লাইগী বারী)

* লাইরিক অসি অইবা অমমুং শিব প্রিন্টি বার্কসতগী ফংবীগনি। *

*

---